সখো সকান শিদবা

# য়ায়তিন

ইজবা ঃ
য়েংখোম কমল
মরুচিং খুকম, রামনগর, তারাপুব
কাছাড়, আসাম।

ফোংজবা ঃ
ঈপুথৌ খুমন পোইরৈতোন ঈপুগী
নুংশি থৌজাল পাউতাক্কী
অনিশুবা ফোংজবা
লোংজম দেবেনদ্র
*Executive Engineer*
B.E. ( Electrical )
I.E.E.E. ( U.S.A.)

ফোংজবা মতেং ঃ

# পোইঁরে অপোকপা মরুপ

কৈশামথোং লোংজম লৈরক
ইম্ফাল—৭৯৫০০১
মণিপুর।
Regd. No. 233



| | | |
|---|---|---|
| ১। | ময়েংবম তোমবা<br>রাবগাই | মাইনৌ (ব্রহ্মচারি) |
| ২। | হুইড্রোম ইবোমচা<br>রাবগাই | অঙমবা |
| ৩। | নিঙোমবম লৈশং<br>ককচিং | ঙমথং অঙমবা |
| ৪। | লাইশ্রম ইবোহল<br>শেরৌ | থৌবুরেল |
| ৫। | শাইরেম অমুবা<br>তাউথোং | ঙমথং থৌবুরেল |
| ৬। | রাহেংবম ইবোতোমবি<br>হিয়াংলম | কৈরুংবা |
| ৭। | খাঙেমবম ইরাবোত<br>থাংমৈবন | থৌপুবা, নুংথোং ইমা<br>শিদবি থুকম, শেরৌ |

অনিশুবা কোংবা—হিয়াঙ্গৈ, ১৯৯৩ ইং
মমল—লুপা ১২/-
মশিং—চামঙা
( অতোপ্পা মীন/লুপনা কোংবা য়ারোই। )

নম্ফম :— দি সরস্বতী প্রিন্টিং ৱার্কস,
সেগা রোড, ইম্ফাল।

# ৱাহৌদোক

তাইবংগী মথৌবু ঈথৌবিরিবা, তাইবংগী ঈথৌবু থৌদোকনা (থৌরমনা) ঈকানবিরিবা, ঈথৌনা ঈকানবা, ঈথৌবু ঈকানবা— “ঈথৌ ঈকান শিদব” মপুগী মতম ঈচেলদা তাইবংনা ঙাক্কদবা, চৎকদবা হৌন-লোনচৎকী থৌরম কয়াবু নুং-পান শেংনা তাকপা ‘য়াম্নতিন’ পুয়ানি। ঈথৌ ঈকান শিদব মপুগী থৌজানদগী ঈপুথৌ ঈপুঙো নুংশিবা ঈপুথৌ খুমন পোইরৈতোনগী স্না য়াথং মতুংইন্না পুয়া অসি অনিশুবা ফোংজবনি। ঈপুথৌনা তাকপিরম্মি—“চককি য়াওন ওনলিমখৈ মতম্না চেল্লিমখৈ তেংপানব মরাই চাইথরক্কনি, তাইবংপান মরাই হাইগৎলক্কনি; মশাবু মশানা খংব ঙম্লরোই, মপু ‘ঐবু’ তুংওইরনি; থা-জ মশিং কাল্লনি, কুমজা মশিং য়াম্লরোই; লৈচিন্না রায়েলনি, কোরৌনা তাক্কনি, লিক্লানা হায়রনি; লোইবিনা উৎকনি, তমপাক্লা চেনগনি; লোইজিনা কৌরগা লোইয়ানা খুমগনি, শেৎ-কাইনা নুংশেননি, লৈরাই মিরুপনি; উননা হৌরগা থাংশাংনা লোইগনি............উননা হৌবদো চিংউনি, শিংবনা খোয়ুমনি, উনগী ময়ায়না অস্নুপ্পা ওইবনি............ইথোইবি ঈথৌনা ইকাললি, ঈথৌ ঈকান ইথোইগে, ঈকৌও ইথোইবি, ঙসি কোরৌ নোংলেন নোংয়া খাইদনা “ঈথৌ ঈকান” কোলোইবু ইকাউনু............।”

—“চিংউনা শেম্লগা খোয়ুমনা চংগনি নোংপোকনা হৌরগা নোংচুপনা পানগনি, চিংউনা ইখেরগা খোয়ুম ইচেলগনি, নোংপোক্কা নিল্লগা নোংচুপতা ইংগনি, নোংপোকতি মরুনি নোংচুপকি পামেলনি

মরুগী মকমদা ময়োন পামেল লেপকনি, নোংচুপকি ময়োল পামেল অনিমক নোংপোক মরুদ তিনগনি, মহৈ-মরোং চুমগনি, য়ায়বি মরাং কাইরনি, চিংউ মাইথোং শেংঙনি, খোয়ুম মাইথোং ইকারনি …………চককি য়াওন তমলিবমখৈ মতম চেল্লিবমখৈ লাকয়েননা য়ৌরক্লগা নোংচুপকি মরুনা মহৈ-মরোং শনবদি নোংপোক ছারম মীতৈ লৈপাক য়ৌবনি………… ।”

মতম লাংওন হৈ-না তুংইন্না তাইবং ঙান্না পুন্সি-সুংশানবা মরুগী মশক খংলসি ; মরুদগী ওইরকপনি, মরুদগী হৌরকপনি, মরুদগী শন্দোরকপনি ; মরুগী মশক খংলগা মরুগী 'মরু' খংলসি। তাইবং পুক্কনিং মতুংইন্না নিংজবগী মহৈবু, নিংজবগী মঙালবু থৌগল-বিরিবা মরুনি, মরুগী মতিক-ময়ায়বু শেংনা তাকপা 'য়ায়তিন' পুয়ানি। ঈপুথৌগী মীংখৈ কাউদনা নিংশিংজবা, ঈপুথৌগী থৌগল ফংজবা, ঈপুথৌগী স্না য়াথং ঙাকচবা, ঈপুথৌগী থৌরম পাংথোকচবা ওমজবা, "ঈথৌ ঈকান শিদব" মপুগী থুয়াখাদা হন্না হন্না থৌনিজরি।

অক্কোংবা

# নিংশিংজবা

ঈপুথৌ খুমন পোইরৈতোন ইবুঙোগী নুংশি থৌজাল পাউতাক মতুংইন্না অনিশুবা কোংজবা "**য়ায়তিন**" পুয়া, ইরৈবাক ইরৈচা-শিংগী মকমদা লানথোকচরি। পুয়া অসি ১৯৬০ ইংদা পোইরৈ অপোকপ মরুপ, মরুচিং, কাছাড় আসামনা অহানবা কোংখিবনি। অনিশুবা কোংবদা পাব নুংঙাইনবা রাহৈ-রাতা খরা শেমদোকচরে। পুয়া অসি অশেংবা মকমদা পাবিয়ু অমদি থম্বিয়ু। *ঈপুথৌগী* থৌরমবু পাংথোকচবা ওমজবা ঈথৌ ঈকান শিদব মপুগী খুয়া খাদা হন্না হন্না পুনেমজরি।

**হইদ্রোম ইবোমচা**

অঙমবা

# য়াওফম তাকপা

## ꯍꯨꯝ ꯏꯊꯧ ꯏꯀꯥꯟ ꯁꯤꯗꯕꯥ



হুম ঈথৌ ঈকান শিদবা

# য়ায়তিন মঙাল্লা

য়ায়তিনলু তাইবং য়ায়তিনলু পুন্সিদ
পুন্সিগি মরুনি রাখলগি ময়োননি
তাইবংগি পামেল্লনি লাইনিংথৌ থৌজাল্লনি
কাওগনু য়ায়তিনব থাগনু তাইবংপান
য়ায়তিনগি ময়ায়ন পুন্সি ঙানগনি।
কংগনি লাইরৈপাককি লেংদব মঙালদো।
য়ায়তিনগি থৌজালন রাখলগি মঙাল্লন
তাইবং পুন্সি অমম্ববু ঙাম্ন-ঙাম্ন লানগনি।

# য়ায়তিন

## ( ১ )

য়ায়হন লাইনিংবসিংগি লমচৎতি লসিংগুম্বনি। লসিংগুম্ন লুন-সেংন অমকপ লৈতন ঙৌবনি। অঙকপনি, লসিং পাম্বিগি মহৈদি করিগুম্ব অমত্তু ময়াক মথুম লৈতে, অহুবু মরুগি মতিক্তি কয়া কল্লিব। মতৌ অম্মুন্ন লাইনিংবসিংগি মসাদ করিগুম্ব তাইবংপানগি ময়াক মথুম অমত্তু লৈতে, য়ায়করোন মতিক্তি কয়া কল্লি। লসিংন মসাদগি পিকখরব য়েত্নমদ লেংব য়াব লংলা ওয়ন সেমদোকতুন কিজীন অনি তাইসিনবগুম য়ায়হন লাইনিংবসিংস্মু মসাদগি চোংথোরকপ য়ায়কব পাওচেল পাওতাক য়ায়করোম্ন তাইবংগি অক-কত্তুবু তাইসিনবি। লসিংন মসাগি মোইথাপ ওয়ন নাঙবগি অরাব, লংচাক ওয়ন চাকপগি অরাব, পাংগন্দেমগি পোথাদরবা ইচেলগি অরাব, সমজেৎ অমস্তুং তেমগি তেমথেংগি অরাব পুম্নমক্কি অরাব খাংতুন কি ওয়ন চোংথোকতুন তাইবংপানগি অক-কত্তু, অচেৎ-অকোম, ইকায়-খুম্নব পুম্নমকপু কুপপিবগুম লাই-নিংবসিংস্মু মসাগি অরাব খাংতুন তাইবংপানব অচৎ-চৎতগি লমচৎ, অহোব কত্তুব পুম্নমকপু মসাগি য়ায়করোন নুংসি পাওচেল পাওতাকন কুপপিরি।

য়ায়হনসিংগি পুনসিদি য়ায়ক ইথোয় পুনসিনি। তাইবং মালেমদ চৎথোক-চৎসিন পুম্নমক্কি অক-কত্তু পাওচেল অমস্তুং লৌসিংগী মৈরা পিরিব পুন্সিনী। হৌখরব মতিক চাওরব য়ায়হনসিংন অমত্ত ওয়ব চিনন লাওরম্মি, পুয়া ওয়ন সল্লম্মি। অচৎ-চৎত তাইবংপানবগি

মনুংদা কোয়ৌলম, মালেমলম, ইসিংলম লমখিবিকসিদ লৈরিবা অমসুং হৌখরব মতিক-ময়ায় চাওরব পুম্নমক অসে য়ায়তিনগি মহৈনি। য়ায়তিন্ন তাইবংপানবগি থরাই, হকচাং পুন্সি, রাখল লৌসিং পুম্নমকপু মতিক মঙাল চাউন রাখল মৈরা পিবিরী। য়ায়তিন নত্তন থরাই, হকচাং, পুন্সি, রাখল, লৌসিং, পুক্লিং, পুকচেল সাজৎ, লমচৎ খিবিক্কি মঙাল কংবা য়াদে। থোইদোকপ অমদি তাইবং পুন্সিদ য়ায়তিনগে হায়ন খন্দুন য়ায়তিনব কংজব লাই-নিংথৌগি থৌজালনি। ইবুঙো মহাক্কি মথৌজাল নত্তন রাখল পুক্লিং তপথদন য়ায়তিনব কম্বা মৈরা থকত কম্বগুম্নি। কত্তরব, লমচৎ নায়দরব, ওকতরব, রাখল মৈরা মুৎলব, পুন্সি ময়ায় চাইথরব, তাইবংগি লমবেন খংদরব, অমম্ব লাংগোয় চল্লব মীওয়-খিবিকম্নু য়ায়তিন ময়ায় মতিক য়ায়ওয়রব পুন্সি কংহুনা রাখল মঙাল তান পুন্সি মহৈ য়ানজৈ।

মপুগি নোংদমদগি কম্নিগুম্ব অকব য়ায়কব মীওয়সিংন কত্তরব লমচৎ নাইদরবসিংগী মরক্ত তাখরগম্নু, ওক্তরবসিংগি মরক্ত তিম্নুরগম্নু, য়ায়ন লিনগী থয়াংত লৈয়গম্নু লিনগ তিম্নরগম্নু মসাগি য়ায়ক মতিক মঙাল নত্তন লিনগী কত্তব হুহু লৌদবগুম, কত্তবগি মরক্ত তারগম্নু অকব মীওয়সিংন কত্তবগি কত্তবব্ মসাগি রাখলদগি লাপ্পা থমহুন মসাগি য়ায়গুমলব মতিক মঙাল য়ায়করোনব্ তৎতন পাওচেনজি। ভেংবানব মপু লাইনিংথৌ সোরারেন (শলাইলেন) সনামহী, পাখংব অমসুং তাইবং পুয়াবনচিংবা পুম্নমকন য়ায়তিনগি মতিক ময়ায় মঙাল য়ায়করোনবু ইহুন সনহুম লোয়ব নুত্তে। ঙমথৈ

লৈতৰ য়াম্বতিনগি মঙালবু ইবা সনবদা ইকায়খুম্নন কি-হংগোয়নৱিব য়াম্বতিনগি মঙালনি।

## "মপুগি থৌজাল নঙনা য়াম্বতিন ফংদে"

য়ায়হন লাইনিংবসিংবু খুরমজে, য়াম্বকব ইবুঙো ইবেম্মসিং, পুক্নিং পুকচেল চাউবসিং পুম্নমকপু অমত্তু ওয়ন খল্লিবসিং, অমত্তু ওয়ব পুকচেলন নিংজরিবসিং অক-কত্তু অচুম অৱাল খাইন পুম্নমকপু মিচং-মিথাই নাইদন পুখা-লিনখা থাদন য়ায়কব পিৱিবসিংবু নোলুকচৈ। অক-কত্তু অনিমক অসে মপুগি নোংদম্মি, ঙমখৈ লৈতবনি, সিংথাহন লোয়দবনি। অকববু অকবন খংব ঙম্মি অমস্তুং কত্তববুম্ন অকব অহুন নিংথিজন খংবা ঙম্মি। কত্তবন অকববু খংবদি খজিক অৱাবগি মশক্নি।

স্বপ্ন মম্নব নোংজু-নোংজা থাগি থাকলাওৱব অহিংদ লমবেন চৎপ মীওয়সিংন অযুক নুংথিনগি অঙানববু ৱাখম্ন নিংশিংবগুম কত্তবন অকব কংব অৱাবনি। অম্নাব অহিংগী অমম্ববু অমুক হম্ন নোংত্তালবগুমন য়াম্বতিনগি ময়াম্নন, য়ায়ত্তিনগি মঙালন কত্তবসিংবু অকব লমবেম কঙ্জহুন ৱাখল মঙালতান পুন্সি মহৈ য়ানজে। অম্না অনং, অক-কত্তু, অহিং-নুংথিন, লাই হিংচাব, অচৌ মচা, অনেম অৱাং, হু য়ায়, পোকপা সিব, নুংসিব জুংসিদব, য়ায়বি থয়াই, লাইরব ইমাকখুনব, মীহাৎপ মীকনবা, লাইরৈপাক মীরৈপাক্লক্তিংব পুম্নমক অসে তেংবানব মপুগি নুংসি নোংদম্মি। য়েংগদবা অম্নদি পুম্নমক অসে মথৌদাং মতুংইন্ন মহাক-মহাক্কি লম্নাই ওয়বা ওাকতনি। য়ায়ত্তিন্দি পুম্নমক্কিনি, পুম্নমক্কি অমত্তু ওয়বা লজি।

মালেম তাইবংপান অসে মতিক মঙাল ময়ায় য়াম্লয়োন্নগি তমক তেংবানব মপুন অহিং-মুংখিন য়াকাইন মুংশি মিৎয়েং তাবিরী। ইসিংগ সঙ্গোমগ তিন্নববু অচমব. ইসিং লংসেকলম্নগ অকব য়ায়কব সঙ্গোমতবু চুপতুন ঙানু কাংঙান থকখিবগুম্ন য়ায়কব য়াম্নহন লাইনিংবসিংন তাইবং মালংপানগি মন্নুংদ লৈন-লৈন তাইবংপানগি অক কত্ত য়াননা তিন্নরিবসিং অসিগী মরক্তগি অকব মতিক মঙাল ময়ায় তমক লৌরি, অকব তমক তাম্রি। ইসিংগ সঙ্গোম্নগ থায়ন চুপ্প শুম ঙানুগুম্ন তাইবংপানবগি অক-কত্ত থাইব ঙম অমনুং অকমতবু লৌরগ কত্তবসিংবু লংথোক্লম্ন পুন্সি লম্বেন চুপ্পা চৎলিথ মীরম্নেন মমক থংঙিব তাইবং মীওয়সিংবু নোলুকচগনি।

কিজেৎনম্নু লাইনিংবসিংবু তাইবংপাম্ন ইকায় খুম্ননরি। কিজেৎন লাইনিংববু লাইনিংবন্সি হায়ন থংনরি। অহুবু কিজেৎতন লাইনিংব ওয়র য়াব নত্তে। মপানগি কিজেৎ হোংলগ মমুংগি নিংজব পাংগল, মুংসি নোংদম্ন থমোই কিজেৎ হোংবা ওমদরবদি অলুবগি অলুব ওয়ন পুন্সি নোংম নোংদম অয়াব কম ওয়গনি। থম্নকম কম্নিনো হায়বদ তাইবংপাম্ন হায়ননি মপান কিজেৎ হোংলগ মমুং কিজেৎ হোংদম্নবদি কায়দে। কৎপতন কায়ব নত্তে পুক্লিং চংদম্নবদি, ঙাংব মকপতন কাম্নব নত্তে থরাই য়াওদম্নবদি অসিনচিংথ কম্না কম্না থোক্ল হায়নরি। পুম্নমক অসিগী মক্ল খিক্লরগদি পুন্সি থোৗরম পুবত্তন মক্ল ওয়রম্মি। তাইবংপান অসিদ থোৗমমন পুন্সিগী মক্লনি। মহাক মহাক্কি মঙং-মতৌ. মখি মঙাল লমচৎ-সাজৎ মতুং ইন্ন মঙোম মহৌ থোৗরম পুনব ঙাক্তনি। রাখলজন নিংঙে হায়ম্লগ, মপানগি ম্নেংহনব ওয়ন কিজেৎ হোংলে হায়মগ, মম্লাই

হকচাং পুক্লিং লৌসিং য়াওনা নিংদরবদি অরেম্বনি। রাখনতন ইরুজরে হায়রগ মপান ইরুজদরগদি অরেম্বনি, তাইবং হকচাং মনম লাক্লগনি। রাখনতন চারে হায়রগ তাইবং কোংন চাদরবদি অরেমবনি, তাইবং মবুক থনব য়ারোই। রাখনতন স্বুরে হায়রগ তাইবং কোংন স্বুদরবদি অরেমবনি, থোৌপাংব য়ারোই।

মতৌ অস্থুমন মহাক মহাককি তাইবং মতৌ ওয়বগি থৌরম পুনবগিতমক মালেম তাইবংগি পুয়া পরমলোন য়ায়ত্তিনন মতম পুমনমকত লাওরিবনি। মতিক চান পুনসি থৌরম পুরিব মীওয়ব-সিংবু নোলুকচগনি। তাইবং কয়া কয়ান খননরি-কৎপতন ওয়ব য়াবরা, কৎপতন থুংব য়াবরা কৎপতন ক্বংব য়াবরা। মপুদ খজিকতং কৎপদ চিংনব কয়া-কয়া পোক্লি, অঙকপনি তাইবংগি রাখন। তেংবানব মপুনা তাইবং পানব অচৎ-চৎত থরাই পানব পুমনমকপু য়োক্লিবা থাক্লিব মপুবু, তাইবংপান ওয়ব ঐখোইন খজিকতং কৎপন মপুগি মবুকনিং পেলহনব ওমবরা, মদোম সেমজ সাজ মালেম তাইবংসিদ করিস্থ রাৎতব মপুনি। তাইবংপানন মদোম পুনসি মহৈগিতমক হৈ-লৈ অথুম-অহাওবনচিংব কৎনরি। পুকনিং চংনা কৎচরিব খজিকতং নত্তরগা য়ামনবু কৎলবস্থ কৎচব পুনসি মহৈনি। ঐখোইতন পংকৎ কৎপর, পুমনমকপু য়োকপিরিব মপু মাদি কৎপগি লমন পিব হৈত্রবরা? খননকমগি মসকনি তাইবংপানন কৎলিবদি খজিকতংনি, মপুন থৌজালবিবদি য়েংঙ, অমম-অঙান, অপাল-অরং, কোয়ৌ-মালেম, রাখন-লৌসিং থরাই পুনসি, চেং ইসিং, হৈ-লৈ, সেনখুম, খুমৈকে লমচৎ সাজৎ অসিনচিংব কয়া কয়া তাইবংগিতমক

মপুন থৌজালবিরী। কয়া লুংসিবিরী, কয়া পামুবিরী কয়া লুংসিন পামুন লাংগোনবিরী। মপুগি লুংসিব পামুববু অমুক ওমথৈ লৈবরা।

অসুম ওয়রব তেংবানব মপুবু নিংজ্রিব তাইবংদো কয়মব তাই-বংনো, পুকনিংন নিংজ্রিব পুকনিংদো কয়মব পুকনিংনো, লৈয়েংন মপুগি মিংথৈ সোলহৌজ্রবা লৈয়েংদো কয়মব লৈয়েংনো। য়াখলন মপুগি লুংসিয়োন পামুয়োনবু নিংশিংন থনজ্রিব য়াখলঅদো কয়মব য়াখলনো, খুৎন মপুগি খুয়াদ হৈয়াং লৈয়াং অনৌ অপেন অমত্ত কৎজ্রিব খুৎ অদো কয়মব খুৎনো, খোংন খোংন চৎতুন মপুগি লাইসং সোনয়েন খুয়মহৌজ্রিব অমসুং লমলেনগি নিংন লাইপুংকোন মপুগি খুকমদ চৎতুন লাইজ ইরুপচজ্রিব, চিংগোই ইরুপচজ্রিব খোং অদো কয়মব খোংনো, নোংমগি ইরু মাইতাহুন হকচাং সেং-দোকজ্রব হকচাং অদো কয়মব হকচাংনো, অঙকপনি মপুগি ওমথৈ পুনসি খোংচৎ অসিদ হিংন হিংন সিবগুমলবসু য়াওরি, লৈন লৈন লৈতব চনব য়াদবসু য়াওরি, অয়েমব পুনসিগী কানজ্রব মপোকনি হায়হুন পুনসি নোংদম উখোংদ পুনসি নোংদম মপুবু কৌন তেংথা-জবতন অয়ালখুকম মসকনি, পোকওমদন পোকপ তাইবং মপোকত কংওমদন কংলব তাইবং পুনসিদ মপুবু নিংহৌজ্রব মপুগি থৌগল তৌহৌজ্রব মপুগি লেংজ্রব মিংথৈ "**ঈশ্বৌ ঈকান**" লৈয়েংন সোলহৌজ্রব তাইবং পুনসি অয়েমবনি। য়ায়কত সাৎপ কুন্দোলৈগুমন চিয়দন কৎনদন অয়েমবদ কেনহুন লৈয়াং মাগী পুনসী থৌসাৎ মতোন লোমবগুম মপুবু নিংহৌজ্রব পুনসি অয়েমবদ লোয়মগনি।

তাইবং পুনসিদা মপুমকন ইকায় খুমনয়িব য়াথন লৌসিং চাউবশিং অমসুং য়ায়হন লাইনিংবসিংগী য়ায়ক পাওচেল য়ায়জিন

হৌত্রব অমসুং থৌরম কংহৌত্রব পুন্নসি অরেমবনি। মপুগি থৌরম পুহুন লৈরিব লৈপাকক্কি অম্রাইব অমাইবী মাইবয়েননচিংব পুম্নমকক য়ারম্তিন হৌত্রব পুন্নসি অরেমবনি। তাইবংগি ইমা ইপা, ইপু ইপুথৌ, অহন লমনগ য়ারতিন হৌত্রব পুন্নসি অরেমবনি, লৈরক কোনসাং য়ুমকৈ সাগৈ-নাতৈগ সেগ-মাইগ মুংসি খুদোনন য়ারম্তিন হৌত্রব পুনসি অরেমবনি, ইথককি অহন-লমন য়ারকবসিংবু উরগ নোংলুকতরব পুনসি অরেমবনি, তাইবং পানবগি হৌনবী থৌচং মলক খংত্রব পুন্সি অরেমবনি, মপুন সেমব তাইবংপান অচং-চংতবু অরেমবনি হায়রন থললিব পুনসি অরেমবনি। তেংবানব মপুন থৌজালবিব পুন্না পরমলোন য়ায়রোন থৌচংপু য়াত্রিব পুনসি অরেমবনি। তেংবানব মপুন পাওচেললি "মালেম তাইবংপান নাপন মরু হুনগনু, মালেম তাইবংদ মপু লেপলি কাউগনু ঐ হায়রব মকমদ "ঐ" য়াউদে থংও"। মপুগি পাওচেল অসিগী মতিক ময়ায় মঙালদি য়ায়ত্তিনদগি কংব ঙমমি। য়ারম্তিনবত্তন পুন্সি মঙাল পুরকপ ঙম্মি।

কুমজা অহৌবদগি কুমজা অলোইব কাউব কুমদম কুমমৈগি মনুংদ মপুগি সিদ য়াখর মৈ, ইসিং নুংসিৎ, লৈপাক, অতিয়া মঙাগি মঙোম মহৌ, মঙং, মতৌ, মমি মঙালবু থাজ চয়োন খুদিংগি ওল্লি। থাজ চয়োন খুদিংগি মঙাগি মতিক ময়ায় ওললিব মথৈ কুমজা ইয়াৎ, কুমজা ইরুপনচিংব ইকায়োন ইতায়োনবু কাইদম পুগনি। অমোংপ ফিবু ইলিংদ লুম চাম্মগ অমুক হন লুরকপগুম্মন মলাগি অমোংপ য়াখলবু য়ারত্তিনগি ময়ারন সেংদোকতুন অমকপ লৈতম পামুব মুংসিন মালেম তাইবংপান অচং চংত থরাই পানববু

অমত্ত ওয়্নব মিৎয়েন নুংসিবিরিব মপুবু লেংদব থাজবন মপুং ওয়ন্থুন নিংজরিব পুন্সি অথোইবনি। ফিন অমুক লৈরগ অমুক মন্থরকপ অরেপ্পনি, তাইবংপানবগি পুন্সিস্থু নোংম পুন্সি হৌখিবন নোংম কেমথরকপ অরেপ্পনি। মনথদব ফিদী লৈরকপদগি উপু মনুংদ লীথুন লৈখিব ফিনী। অন্থুবু ফি মাগী মপুন্সি অরেম্বনি। সিংলুপ কৈরুপ তিন্নহৌদন, মপানগ সেগ-মাইগ হায়হৌদন কনাগস্থু সকখং মাঙ্খংনদনা অমসুং কনানস্থু মাবু খংবিদন উপু মনুংদ অরেম্ব ওয়্নন লৈবগুম তাইবং পুন্সিদ সিংলুপ কৈরুপ, মরুপ-মপাংগ য়ায়তিনহৌদ্রব পুন্সি অরেম্বনি।

তাইবং মপোক্ত পুন্সি খুন্থুম চনন ইথৌদাং পুগনি, থৌদাংনা কনবন শিজিন্নব ফিগুমন তাইবংগি অমমব অপামব কয়া-কয়ানা অমোৎপা ওয়ন্থুন পুন্সি রাখল মন্থরক্নি হায়্বস্থু অরেপ্পনি, অন্থুবু য়ায়তিনগি মঙাল্নন পুন্সি সেংদোকচন্থুন পুন্সি মহৈ ফংব ঙমজে। তাইবংপান থরাই পানব পুন্নমক্কি মসাদ মপু য়াওরিবনি, সুপন হায়রগ থরাইদ মপুনি হায়ন মালেম তাইবংন অমত্ত ওয়বা চিনন হায়নরি। অন্থুবু অঙকপ অমদি য়ায়বি থরাই হকচাংগি সিংলি তাংলি, ইরম ইখোং, মিন্থুন থান্থুন, লুতোং সিংসিগী মনুংদ মপুন লৈরিবসে মফম কৈদনো? কনান তাক্কনি, কনান হায়গনি? য়ায়-তিনতন মফম তাকপ ঙমগনি। নুংসিৎ অসে মালেম তাইবংসিদ মিকুপ অমা কাইদন লৈরি অমসুং থরাইপানব পুন্নমক্কি য়ায়বি ময়োন ইংহললি। অসুম ওইরবা মতম পুন্নমক্ত লৈরিব নুংসিৎপু কনানস্থু উব ফংঙ্দবগুমন পুন্নমক্কা লৈমিন্নরিব মপুবুস্থু কনানস্থু উবা ফংঙ্দে। নুংসিৎ লৈতমক খংঙি, লিরি-লিরি হুমলি, ফুইন-ফুইন সিৎলি

হায়বতমক খংবগুম মালেম তাইবং অচৎ চৎতসিবু মপুন য়োকপী থাকপীতমক খংঙি। নুংসিৎকি মসক উব ফংঙ্দরগস্সু মহাক্কি মতিক ময়ায় মঙানদি রাখন লৌসিংন ফংব ঙম্মি। লিরি-লিরি হুমলকলগ মালংব নামিব হুমলকলে হায়ন হায়নরি, ফুইন তমথিন সিৎলকলগ নুংসিৎ সিৎলকলে হায়নরি। মতৌ অস্সুম্ন তেংবানব মপুবু উব ফংঙ্দরবস্সু মপুগি মতিক ময়ায় মঙালগী মালেম তাইবংদি উব ফংঙি অমস্সুং মপুগী মতিক-ময়ায়ন ময়ুং-মফেন ওয়ত্তুন পুন্সি নোংম নোংদম লেনববু রাখনন লৌসিংন ফংব ঙম্মি।

থোইদোক্ন অঙকপ অমদি মপু মাদি মনিংতম্ব ওয়বন মৈ, ইসিং-নুংসিৎ, লৈপাক, অতিয়া, অপাল-অরং, থরাই পানব খিবিক অসি মনিংজ সিদ রাখনন শাইওন সাথোক সান্নরি। অস্সুম ওয়রব মতিক ময়ায় চাউরব মনিং তমলব মপুবু উব ফংদবর হায়বস্সু য়ায়তিনগি মঙালন রাখন পুক্লিং লৌসিংগি মনুংদ লেপন উব ফংঙি। তেংবানব মপুন লাওরি **থিউও ফংগনি**, কদাইদনো থিগদৌরিব য়ায়তিনদ থিও, পুন্সিদ য়ায়তিল্লু, য়ায়তিন মঙালন ফংবগি লম্বেননি। অমমব কয়া-কয়ান লাংগোই চল্লিব তাইবং পুন্সিদ তৎতন সোনগনি মপুগি মিংথৈ। মিংথৈতন তাঈবং ইপাক ইরং লানবগি লাম্হোং ওয়গনি, মিংথৈতন তাইবং তুজুং অমমববু য়ায়ফ ঙালহনগনি। তমথিন সুকন মমন হৌরকপ নোংনুংসিৎত, তৎতন কুপলকপ নোংথাংন, তকুপ-তকুপ অমম্বগি মরক্ত অঙানব ফোংবগুম তমথিন মমলব পুন্সিগী মনুংদ তৎতব মপুগি মিংথৈন অঙানব ওয়ত্তুন পুন্সি অমমব ঙালহনগনি। লৈয়েংগি তৎতব **"ঈথৌ ঈকমন শিদব"** মিংথৈন নোংগি মরক্ত নোং-থাংগুম্বনি, অমম্বগি মরক্ত অঙানবগুম্বনি, লিনগি মরকত য়ায়গুম্বনি।

য়েঙ্লো মৈচিনতে মালেম লৈসেম নুংসেমতে, তাইবংপান কাও-ঠৌদগি হৌন ঙসি য়ৌবফাউবসিদ লাইরমলেন, মীরমলেন, লাইরৈ-পাক-মীরৈপাক পুন্নমক অসে মিংথৈন লানবি ঙাকপিবনি। মিংথৈগি ঙমথৈ লৈতরব মঙালন সিদ পুন্সি মহৈ লাঙ্গৈরৈপাক ফংনব ঙাক্কনি। মিংথৈগি মতিক ময়ায় মঙালন মপুগ পামুচিলোক, নুংসি চিনতিন্নহুন থরাই হকচাং পুন্সিবু য়ায়ক খুদোনশরব তাইবংন, তাইবংপান ওয়বগি হৌনসা ঐগী-মাগী হায়ব, ঐন হেল্লী মানা হেল্লী অসিনচিংব পোকপ-সিবগী লম্বেন লম্মুক্রব ইপাক্ত তারখিনী হায়বা থাজবরা? মপুগি মঙালন রাখন পুক্লিং ঙানখরব তাইবংন, তাইবং ওয়বগি হৌনশা পুন্সি অমম্বনা লাংগোই চনগনি হায়ব থাজবর? মপুগি লেংদব মিংথৈন লৈয়েং শেংশরব, তৎতব লৈয়েংগি মিংথৈরোন্ন থরাই হকচাং পুন্সি নিনখরব তাইবংন, তাইবং ওয়বগি হৌনশা লৌনম নমথাক য়াকাইরোন্দ হল্লকখিনি হায়ব থাজবর? মপুগি সিদ পামু নুংসিন লৈতেংখরব তাইবংন, তাইবংপান ওয়বগি হৌনসা ঙায়হাক্কি মিকুপকি, পুংজাগি নমথাক য়াননব, পামু নুংশিদ হল্লকখিনি হায়ব থাজবর?

তৎতব মপুগি মিংথৈরোন্ন হকচাং কয়াৎকি থোংজাউ থোংলোন মাপন, তুরৈ-তুখোং সাৎন নিল্লকলব মতম, লু-তোং সিংলি-তাংলি, ইরম-ইখোং লরাই লেমফুদ সিনথুংন মনুং-মপান সাৎন, সিদ মিংথৈ কোলহৌরোন ইনিলখোন্ন নোংথাং কুপন কুপলকলব মতম; কোয়ন লিনা মিংথৈন সিৎলকলব মতমদ হকচাং কয়াৎকি লৌনম্ব মীনম্ব ওয়দ নমথাক পুন্নমক কোকখিহুন, কায়দব মাংদব মুৎতব সিদ ইরেন, সিদ ইপাক্ত ইরুপচহুন, পোকপ সিব তাইবং পানবদগি রাংম লানব ঙমজে।

তৎতন সোনগনি মিংখৈ. কাওদন .নিংগনি মপুবু, মচুতন তাইবংগি লেংদব লননি খংগনি। অরা-অনং য়ায়ফ নুংঙাই অনিমক্ত মপুবু কাওদব তমগনি, অনিমক্কি মপুনি খংগনি। মালেম তাইবং পানবগি মনুংদ নিংজবগি পাংগল অকনবনি। রাখনন নিংঙকপগি ময়ায় মতুং ইন্ন শলাইলেন (সোরারেন) সিদবন তেংবানব অসি লৈসেম নুংসেমখি অমস্তুং লাইনিংথৌ সনামহীন অচৎ-চৎত থরাই-পানব পুন্নমকপু সেমবিখি, মতম পুন্নমক্ত য়োকপিবী ; লাইনিংথৌ পাখংবন মালেম তাইবংপান অচৎ-চৎত পুমনমক কোরৌ মালেম স্নুপন রায়েল্লি। য়োকপিরী থাকপিরি অমস্তুং অচুম-অরান পুন্সি নোংদম থৌগলন লাকপ হনব নোংদমমি। মতৌ অস্তুম্ন নিংজবগি পাংগল অসি য়েহেল্লৌ মৈচিনঙৈ, অমম লৈসানরকপদগী হৌন লাইরম-লেনগ কোনরকলব থৌজাল মপুং লৈতেং মালেম লৈকোইপুংগি মতম পুন্নমক্কি ওয়ন নুংসি নোংদম অমত্ত ওয়ব লননি।

স্নালৈপাক লৈমায়োন মীতৈ লৈপাক্কি থৌজালগি মসক ওয়রব হৌখরব ইপুথৌ লৌরেংবম খোংনাংথাব, কেক্রু পুয়াব, রাংগোয় লুকোয়, সামোরক চিগোংলৈনচিংব য়ায়হন লাইনিংবসিংগী নিংজব মতিক ময়ায় মঙাল হৌজিকফাউব হিংচুন লৈরি। মতম মতম খুদিংগী মুৎপ মাংব লৈত্তন নিংজব মাগী ঙমখৈবু য়ায়ফ রারীনচুন পুন্সি অরান খুফম ওয়ন নিংজব পাঙ্গলগি পুক্লিং মঙাল তাহল্লি। নিংজব চাউব, নিংজব কনব ইবুঙোসিংগি ঙমখৈবু লাইমকন সিংথাচুন লোয়রব নত্তে। নিংজবন ঙানখিব লম্বেন-তাইবং অরান খুফমগি লম্বেননি, নিংজবন ফংখিব মহৈ-তাইবং পুন্সি মহৈনি, নিংজবন সেংখিব পুক্লিং-তাইবং থৌজালগি মসকনি। অস্তুম ওয়রব নিংজব পাঙ্গল অসি য়ায়তিনগি মঙালন পাঙ্গল মরু হুন্দুনা নিংজব ময়োন চোংচুন পুন্সি লম্বেন ঙালহল্লি।

# তিন্নব মরুপ

পোকঙমদন পোক্লব তাইবংদ, লাক্লমদন লাক্লব মালেমদ
উঙমদন উরব অপাল অরং, ফংঙমদন ফংলব পুন্সিদ
তিন্নব মরুপ চেকসিনগনি, লোয়নব মরুপ সেন্নগনি।
অক্কব মরুপকি পাশ্বেন, সিদ উমং ফংগনি
ফত্তব মরুপকি থোৌসিনন, তাইবং লৈখা তাগনি
মিনম্ব মরুপকি থোৌসিনন, পুন্সি মহৈ মাংগনি
য়ায়ব মরুপকি থোৌজানন, তাইবং মপোক য়ায়কনি
লোৌনম্ব লোয়নবগি থোৌরাংন, পুন্সি থাংমৈ মুৎকনি
চেকন চেকসিনগনি তাইবংপান, তিন্নব মরুপ চেকসিনগনি

# মপানগি য়েক্রব

মালেম তাইবংগি মনুংদ, তাইবং মালংগি ময়ায়দ,
মপান থোংগি য়েক্রবদি য়েকন মমি নাইবনি।
সৈয়েং অকনবন ঙাননি, পাম্বোম অথোইবন চাইননি
অথৌব লৌসিংন ককনি, মহৌশা পাঙ্গলন লাম্থেংননি
য়েকন মংসক তানগনি, মমি মরা ফুক্কনি
কোয়ৌ অপোকপন ঙাল্লিবৈঙে, মালেম ইমান লেপলিবৈঙে
মঙানতাব য়েক্রবদি, কিক্রব লৈতে তাইবংন
ঙসি নত্রে নোংমদি, সোয়দন মংসক তানগনি
সিদ খুক্নমগি পওচেলনি, সিদ য়াথং ইচেলনি।

ꯏꯄꯨꯊꯧ ꯈꯨꯃꯟ ꯄꯣꯏꯔꯩꯇꯣꯟ



ঈপুথৌ খুমন পোইরৈতোন

# মনুংগি য়েক্লব

## ( ১ )

তাইবং মনুংগি য়েক্লবদি, অকিব ফংব মশকনি
য়েকনব মমি নাইদবনি. মওং লৈতব লমবানি
কনান উব ফংদে, উব ফংদে মসানস্থু
কনাগনো চাইনগদৌরিব, কনাগনো লাম্থেংনগদৌরিব
তাইবং পোকপদগি কোনরকপ, চাউমিন্নরকপ লমবানি
হৌমিন্নব য়েক্লবনি, তাইবং ইসাগ কোনবনি
হিপমিন্নব লোয়নবনি, চামিন্নব মরূপনি
তাইবং ওয়ব পুন্নমক, থরাইপানব অপুমব
অফব, রাখল ফত্তব অনিগী ; রাখল অনিন লৈতেংনি
ফত্তব য়েক্লব রাখনদো, কনান সেনগনি তাইবংপান
অথৌব মনুংগি য়েক্লবনি, অকিব ফংব লমবানি।

# মনুংগি য়েক্লব

## ( ২ )

পুন্সি লাংমৈ চাক্লকলে, তাইবং মৈরা হৌরকলে
খাম্বি মৈরা মৈহৌরকপগি, অকিব ৰংলব ইনিলন
পুন্সি চিংদোন তম্মকলি, তাইবং কোংন নিল্লকলি
পুন্সি চিংখোংদগি চাকলকপন, তাইবং চিংদোন তম্মকলি
থরাইপানব পুম্নমক, য়ায়বি ওয়ব অপুমব
মদোম মহৌ কম্নব, মদোম মসাইকোন থুপনরকলে
হো····নংবু····কনানো····নংবু····কনানো····কনানো।

তাইবং লাংমৈ হৌরকলে, লমতাই থুংন চাক্লকলে
খামবি ইনিল তাদবরা, মৈহৌরে খংদবরা
পুন্সি লোয়বী চিংদোন্দ, খাম্বি চিংলেন য়াংবীদ
মাইকৈ য়েংন তেংথারিববু, পুন্সি য়েংন কপ্লিববু
হো····নংবু····কনানো····নংবু····কনানো····কনানো।

পুন্সি নোংদম উখোংদ, নোংদম কৌন তেংথারিববু
নদোম নহৌ রাখলবু, রাখল চৈঙাক পিহ্লন
য়ায়বি কনব নথৌনি, থরাই কনবা নহৌনি।
হো····নংবু····কাওরবর · নংবু····কাওরবর····কাওরবর।

থরাই ওয়ব নথংলেন, য়ায়বি ওয়ব নমানজ
নথংলেন মানজ পামুব, য়ায়বি.থরাইবু কনব
তাইবং নংগি নহৌনি, মপুগি থৌদা রায়েলনি
অরা-অনং পুন্সিদ, পুন্সি লানকম তম্পাক্ত
হুকচাংদ মীহুয় হুল্লিবমথৈ রাখল মান তারিবমথৈ
থরাই কয়ব হোৎনব, তাইবং পুন্সি মহৈনি।
হো...নংবু কাওয়বর...নংবু কাওরবর কাওরবর।

থরাই নথংলেন্র মুৎথরবদ, য়ায়বি নমানজন থুপথরবদ
মালেম তাইবংগি মনুংদ, করি লৈরিবগে নহাক্কি
হো...নংবু থল্লুগব . নংবু থল্লুগব ..থল্লুগব।

# য়ায়তিন

## ( ২ )

মালেম তাইবংসিগী মনুংদ মীওয়ব পুন্সিগী মরু ওয়ব থৌদাংদি থৌরম থৌদোক পুম্নমক্ত মসাবু মসান য়ামন চেকসিন্ন য়ামন লুন হোৎনজগনি! তাইবং অমমব রাখন্দগি ঙাম্নব, তাইবং ইপাক ইরংদগি লাম্নব, লৌনম নমথাক তাইবং কিসিদগি থোক্লনব মসা-মসান কন্ন হোৎনজগনি। মসান খংন-খংনা মদোম মসাবু, মদোম থরাইবু, মদোম পুন্সিবু অমমব লমবেনদ পুসিনফদে। তাইবং পুন্সিদ ইসা ইসান মরুপ ওয়ব, ইসা ইসান য়েক্লব ওয়ব মীওয়বগি মহৌনি। মরম অসিন পুন্সিদ চেকসিলহৌদরগদি, চেকসিন্ন থিহৌদরগদি ইসাগী অক-কত্ত খাইব ঙমদহুন, ইসাগি য়েক্লব য়েক্লদব পুথোকপ ঙমদহুন রাখল ইরাক্লন পুন্সি কেয়গনি।

(১) থরাই হকচাং, পুন্সি, রাখন, পুকনিং-লৌসিং, সাজৎ লমচৎ চুম্নব মীওয়ন মপুগি মনাক নকপ খজিক ঙমজগনি। (২) অরেপ্প, লেংদব থাজবন কোংগোয় ওয়ন মপুবু নিংজরিব মীওয়ন মপুগি মনাক নকপ খজিক ঙমজগনি। (৩) লনথুম সনা-লুপা পুম্নমকপু অমত্ত ওয়ন খল্লিব মীওয়বন মপুগি মনাক নকপ খজিক ঙমজগনি। (৪) য়াম্ন চাবতনস্থ মপু কংব নত্তে, খজিক্তং চাবতনস্থ মপু থেংনগদব নত্তে, য়াম্ন তুম্বতনস্থ মপু কংগদব নত্তে, স্নপতুম তুমদবনস্থ মপু উগদব নত্তে। থরাই হকচাং, রাখল, পুকনিং লৌসিংগী মথৌ তাবত চারিব, মথৌ তাবত তুমমিব মীওয়ন মপুগি মনাক নকপ খজিক ঙমজগনি। (৫) রাখল পুকনিং লৌসিং অহুমন স্নপন অমত্ত ওয়ন

নিংঙিব মীওয়ন মপুগি মনাক নকপ খজিক চঙমজগনি। (৬) মালেমগি থন্নাইপানব পুন্নমকপু মুংসিব, পামুব হৈয়ব অমসুং পুন্নমক অসিন মপুনি. মপুন পুন্নমকনি হায়ন খল্লিব মীওয়সিংন মপুগি মনাক নকপ খজিক ঙমজগনি। (৭) তাইবং মতৌ ওয়বগি, তাইবং মসক খংলব মীওয়সিংন মপুগি মনাক নকপ খজিক ঙমজগনি।

মপুদি মালেম লৈকোইপুং তেংবানবগি লেংদব য়ায়নি। মহাক, মহাক্কি থৌরম মতুং ইন্ন পুন্সি মহৈ কুবিরী। পুন্সি থৌদাংদ লুমন খল্লে অলুমব মহৈ, য়াংন খল্লে অয়াংব মহৈ, মপু লাইগি কাইদবনি হায়ন তেনসিন্ন খল্লে তেনসনব মহৈ, মপু মাদি কৎলিমখৈ য়াবনি তৌরিমখৈ য়াবনি, হেক কৎসিল্লো হায়রে হেক কৎসিলবগি মহৈ, তৌবিমল মসক খংব মপুনি, মহাক মহাকন তৌজব মতুং ইন্ন থৌদাং মহৈ থৌজাল্লি। মরম অসিন তাইবং ওয়ব খিবিকন ফুরুপকি লাইনিং লমবেন্ন পিরিব তৌহৈ তৌহৈদব হৌন-হৌনদব হায়ন খাইরিব মতুংইন্ন থৌ কাইদন থৌরম পুরিবসিংগী থৌরম-মহৈদি সিদ মহৈ কংব ঙমজে। তাইবংপান অসিদ ইসাবু ইসান য়ানা থৌরম অহুসু ইসানা তৌরিবনি খন্না, খংব অমসুং থৌরম তৌব পুন্নমক অসে ইসা ইসাদ লোয়ন লৈরে। মরম অসিন খংন-খংন ওয়দব থবক তৌরিব, খংন-খংন ওয়দব ঙাংলিব, য়েংহৈদব য়েংঙিব, চাহৈদব চারিব কনাগী মরালনো কনাদ তাইনগদৌরি। খংন-খংন লৌনম নমথাকলুরগ অতোপ্প কনাদ তাইনরুব য়াবর, পুন্নমক অসে ইসা ইসাদ লৈরে। তৌহৈদে হৌনদে হায়ব খংন খংন থৌরম অহুবু পাংথোক্কে হায়ন অমুক থৌরাংলকলিব অমসুং থৌরম অদো তৌহুন অকাইব লম্বেনদ চৎলিব, মরম খিবিক অসি ঙাক্লনবগিতমক পুন্সিদ য়ায়তিনগনি।

রাখলগি পাঙ্গল অকনবনি, কয়ায়ুক য়ামন কনবগে হায়বগি সিংথা ওমথৈ লৈতে। রাখলন ইরাং হৌরকপন পুন্সি মহৈ কেমন্থন মাংলি, তাইবং য়ুম কাইরি, খুঙং কাইরি, লৈবাক কাইরি। রাখয় ইত্তপলগ পুন্সি মহৈ কংজে, খুঙং সেম্মি, লৈবাক সেম্মি। পিক্লব অমদগি চাওরব অম কাউব, অকব অমদগি কত্রব অম কাউব রাখলন মসান পুরি। য়েনিংব মকমদ য়েৌব, থুংনিংব মকমদ থুংব অসুম ওয়রব য়াংলব, মত্তিক ময়ায় চাউরব রাখলবু খুত্থম চন্নবগিতমক পুন্সিদ য়ায়ত্তিনগনি। রাখলবু সেনব ওমলব তাইবংন তাইবং অমমব ঙানগনি। য়ায়ত্তিনগী লমবেনদ মপুবু নিংজব অমসুং রাখলবু থেমব হোৎনজবতন রাখলবু খুত্থম চনবা ওমজগনি। মালেম তাইবং-পানবগি মন্নুংদ লৈরিব মপুগি খুৎসেম, থরাই পানব পুন্নমক মহাক মহাকি লমচৎ-সাজৎ য়রা ইনিলখোন মতুংইন্ন মপু নিংব ঙাক্তনি। থোইদোক্ল পিক্ল-পিক্লব তিন কাংদগি হৌরদুন তাইবং কাউব পোকপ সিব অনিগী অরা-অনং য়ায়ক-মুঙাই পুন্সি কুমৈবু মপুগী নোংদম মতুংইন্ন নোংম নোংদমলেন্ন পুন্সি লোম্নব ঙাক্তনি। থরাইপানব পুন্নমক অরাম খৌরাং খংব ঙাক্তনি। খৌরাংবদ ইসিং থকপ, অরাম্বদ চিঙ্গাক চাব, মপোক-মপোকা কোনব মপুগি নোংদমনি। পুন্নমক রাখল লৌসিং কংনব ঙাক্তনি। পুন্নমক মদোম মসাইকোন থুপনব পাঙ্গল কংনব-ঙাক্তনি। মহুম সাহ্নুন, মকোন সাহ্নুন, লৈথুন হন্দুন, উখুন হন্দুন, মদোম মরৌসিংগী মথৌদাং পাংথোকন মপুন থৌজানবিব মতিকপু উৎলি।

মীয়মলেম মঙাং, লুরাং, খুমন, শিদ উমং মতম অহুমদ মপুগি নোংম কোরৌ ইরাৎপনচিংব, থাজ কুমজা পালোনথোং, অকা

অকুমগী মপুগী কুমজা ইয়াৎ তমহুন কুমজা হয়াওরি অমস্তুং মপুন থৌজানবিব মীরমলেন ওয়বগী হৌনসা, তাইবংপান ওয়বগী হৌনবী য়ুমপাল-কৈপালনচিংব মপুন নোংদমবিব পুন্সিগী অনেম-অরাং কুমৈ কয়া-কয়ান মপুগী খুৎসেম মতিক উৎলি। মালেম অসিদ মপুন নোংদমবিব মহাক-মহাক্কি ফুরুপকি ওয়ব য়েহ্লৌভৈদগী চৎনরক্লব মসা-মসাগ কোনব মপুগী রায়েল কাইদন পুনব ঙাক্তনি। থোইদোক্ল য়েংগদবদি পোম্বি চেক্লা কয়া কয়ান মতম নাইন মপুগী থৌরম পুহুন মপু নিংজবগি খুৎতম অমস্তুং মপুগী রায়েল কাইদবগি পুন্সি মথৌ উৎলি। কুমজা থা তারানিথোই অসিগী মনুংদ করি করিগুম্ব চেক্লানা থাগী থাসিং থাইন মপুন নোংদমবিব থাসিংদত্ত খোংলি। থাসিং মসিংন স্নুরবদ মালেম সিদ লৈন-লৈন, তোংঙিব পামেলসিং অহুদ তোংন-তোংন চেক্লা ওয়বগী হৌনবি নিং....নিং কুহু....কুহু তাম....তাম নোংগৌ....নোংগৌ....চুমথাং খোম্ব পোম্বি ওয়বসিংগী কোলহৌরোন খোংজগদববু খোংদহুন সেমবিব মপুগী সিংথা থৌদা মসিং ঙাইহুন লৈনরি। খুনু অমস্তুং য়েন্নচিংবসিং অসিন মতম অহুম য়াকাইরি। মতৌ অস্নুমন মপুগী রায়েল পুনহুনা পুন্সি মহৈ তান্নরি।

অস্নুম ওয়রব তিন-কাং, পোম্বি-চেক্লানচিংব থরাইপানবসিং অসিদগী তাইবং মীওয়বগী মপোক্কি পুম্নমক্কগী থোয়খরব, পুম্নমক্কগী হেনখরব, মপুগ নকন নকখরব সেমবিব মপুগী মীনি। মীগ হকচাংগ ঙাইহাকতগী ওয়ন থাদোক্লব য়াদবগুম্না মপুগ তাইবংগা স্নুপন রাখল পুকনিং লৌসিংগী মনুংদ ঙাইহাক্কগী ওয়ন থানদনা তাইবং মতৌ ওয়রগী পুন্সি মহৈ থোগলবিরী। মীরমলেন ওয়বন চৎকদব সাজৎ-লমচৎ, য়ুমপাল-কৈপাল, স্নুপন তাইবংগী ওয়ন ফুরুপকি ওয়ব পুয়াগী পাওচেল,

লাইনিং লম্বেনগী পাওতাক, অহন-লমনগী অয়েপ্প য়াথং, য়াম্বতিনগী য়ায়করোন ময়ম খিবিক অসি য়েহ্লৌ মৈচিনঙৈ, তাইবংন হৌঙৈদগী মালেমদ মপুনা থৌজাল নোংদমখরবনি। তাইবং ওয়বসিংগী রাখল পুকনিং লৌসিংদি কয়ামুক চাউবগে, কয়ামুক লুম্বগে, কয়ামুক পাকপগে সিংথা ঙমখে লৈতে। মালেম তাইবংগী থরাইপানবসিং অসিবু খুত্থুম চন্ন তাইবং মীওয়বন পানব ঙমজে। থোইদোক হেন্দোকপ অমদি মপুগী খুৎশেম মালেম লৈকোইপুং, অপাল-অরং, অচৎ-চৎত, কোরৌ মালেমগী য়ায়করোন পাওচেলবু মপুগী থৌজাল মতুং ইন্ন কংজ, খংজ, উজদুন রাখল পুক্নিং-লৌসিংন মপুগী নোংদম তাইবং পাউচেল য়ায়কহললি। মালেমসিদ তাইবংগী হৌনসা মপুন তম্বিব নোংদম মতিকন, ময়ায়ন, পাঙ্গনন, মরৌসিংন, খুৎস্নুন খুৎলাইন, য়ুমপাল-কৈপালন থোইদোকন মপুগী খুৎসেম লৈতেং হেনগৎহল্লি, মপুগী মতিক থৌগল্লি।

লাকপ হনব তাইবংসিদা সেমবিব মপুগী থৌজালন মতম-মতমগী মপুগী য়াওল, তাইবং পাওচেলবু মীওয়ব পুন্সিদ কংজদুন পুন্সি মহৈ য়ালহল্লি। মপুতগী থৌজালন, মপুতগী নোংদমন তাইবং মীওয়ব-সিংন লাইগা মাননা য়ায়ক-নুঙাই পুন্সি মরাংকাইন মালেমদ পানব ঙমজে। নিংথিবী মালেম, ফজবি তমপাক্কি অথোইব তাইবং মপোকনি। অস্নুম ওয়রব তাইবং পুন্সিদ য়েংগদবদি তিল কাং পোম্বী চেক্লাসিংন মতম নাইন পুন্সি নোংম নোংদম মপুগী রায়েল মতুংইন্ন মপুগী থৌগল পুত্থনা মপুবু অকাউনুং লৈতন মপুগী মিংখৈ কোলোয় মতিক সোনবগুমন তাইবংপান ওয়বসিংস্নু মীরমলেন ওয়বগী হৌনসা, চৎনসা মদোম মহৌ রায়েল মতুং ইন্ন তেংবানব মপু নিংজগনি।

মীন মীওয়বগী হৌনবি ফুরুপকি চৎনবি লাইনিং নিংগনি। মীওয়বগী লমচৎ সাজৎ চৎকনি, মীওয়বগী ৱাঙাং-সাঙাং ঙাংগনি। মীদি ওয়রগ তিনকাং, হিংচা য়াইতমগী ৱাঙাং ঙাংফদে, হিংচা য়াইতমগী লমচৎ চৎকদে। লুন-লুৱব, হেন্ন-হেল্লব, থোইন-থোয়রব ৱাখল পুক্লিং লৌসিংবু মরিক চুমন কংলব মীওয়বগী মপোকনি।

য়েংঙুদো কয়াদ নিংথিরিব খোং পালি, খুৎ পালি, মিৎ পালি, না-নাতোন পালি, চিন পালি, সম-তু হৌরি, তাইবং ৱাঙাং ঙাংঙি মমিং মী কৌয়ি। অথোইব মপোকনি হায়নস্সু অরিৱান লাওরি। অহুবু অসুম ওয়রব অথোইব মীগী মপোক অহুন মীওয়বগী হৌনসা, অথোইব লম্বেন অহুদ চৎতহুনা হিংচা য়ায়তম সাগী লমচৎ সাজৎত চৎলকলবদি অহুম ওয়রব তাইবং মাগী অথোইব মপোক অদো হিংচা য়ায়তমগী মপোক তাহুন সাগী মপোক ওয়হুন মীদি ওয়রগ হিংচা য়ায়তম সাগুমন তাইবং সিংলুপ কৈরুপত তিন্নব য়াদহুন তাইবং মাগী মপুন্সি অদো মালেমদ চন্নব য়াদহুন অৱেম্বদ তাহুনা তোকলি। মীওয়বগী ৱাখল পুকনিং লৌসিংগী মতুং ইন্ন য়ুমপাল-কৈপাল, কৈরোই লৈকাই, ইপা-ইমা, ইচিন-ইনাউ ইয়ামব, অহল-লমন, অখং-অহৈ, নিংন লমবেন লান্ন থুকমনচিংব ময়াম অসিগী থৌদা ৱায়েল অমম্নুং হৌন পথাপ কাইন চৎলব, হৌন মৃসক খংদরব তাইবংন মপুন্সি অদো অমমব লাজোই চন্দুন, লমবেন মসক খংদহুনা, সাগী হিংচাগী লমবেনদ চৎতুন, অথোইব মীগী মপোক্ত অকিব নামুংব মিংচৎ কংহুন পুন্সি অৱেম্বদ তাগনি। মখোই অহুবু মীদি ওয়রগ হিংচা য়াইতম কৌয়ি। মখোই অহুবু মীদি ওয়রগ শা কৌয়ি, মীদি ওয়রগ হিংচা য়াইতম কৌয়ি। মতৌ অসুমন মীওয়বগী পুন্সিদ অহন-লমনগী

অেশ্নৈ য়াথংস্থু ইনদ, অথং-অহৈগী য়ায়ক পাওচেলস্থু য়াদ, য়ায়তিনগী য়ায়করোনস্থু লৌদ, মতোমতগী নাপম, মতোমতগী চাউজনিংবন অথং অহৈ সানিংবন, মতোম মতোমত নাইতোম ওয়ন, তাইবংগী হৌনবি পথাপ, চৎন লমবেনগী তিংথংগুমন নাইতোম মাগী মপুঙ্গি লোমমি।

তাইবং পুঙ্গিদ ইসাগী সাজৎ লমচৎপু য়াম কুপন চেকসিনন য়েংসিন্দুন পুঙ্গিগী খোংচৎত অসোইব অয়ানব নামুংবনচিংব য়াওরক-পসিং অহু লাইনিংথৌগী থৌজাল পাম্বৈ লৌহুন মতমলৈবখিবিক্ত ইসাবু ইসান চুমথোকনব হোৎনগনি। য়ুমপাল-কৈপাল, কৈরোই-লৈকাইদ অমোৎপ-অকাইব চংঙকপ পুম্নমক কোরৌ মালেমগী থৌজাল পামবৈ লৌহুন চামথোক সেংদোকুব হোৎনগনি। মতম-লৈবখিবিক্ত রাখনবু য়াম কম চেকসিন্ন, লুন সেন্নগনি। রাখলন মরুপনি হায়ন নিংলগ মরুপ হেক্ত মওয়রে মতৌ অস্থুমন ইমানি, ইপানি, ইপুনি, ইপুথৌনি, কোরৌনি, মালেমনি, য়েরুবনি, য়েরু-দবনি অকবনি, কত্তবনি, অসিনচিংব রাখল মান খল্লু খল্লুবদো হেক্ত ওয়রে। অস্থুম ওয়রব রাখলবু সিংনরুব ওম নত্তে। রাখলবু থেমজব নত্তন নিংজবগী লমবেনদ রাখলগ তংতাহনব অরাবগী অরাব ওইগনি। রাখলগ সিংনব অরেম্বগী থৌরাংনি। পাঙ্গল থোয়ন কল্লব অকনব রাখলনি, থরাই হকচাং পুঙ্গিদ মনিং তমল্লিব রাখলনি।

চাগনু হায়বহুত চানিংব, য়েংগনু হায়বগুত য়েংনিংব, তাগনু হায়বহুত তানিংব, ঙাংগনু হায়বহুত ঙাংনিংব, হায়গনু হায়বহুত

হায়নিংব, তৌগনু হায়বহুত তৌনিংব থরাই হকচাং পুন্সিবু খুহ্নম চম্ন পুনিংব মাইকৈদ পুরিব রাখলগী পাঙ্গননি। ইহৌরকপগী ইচেলগুমবনি, ফুইন মমন হৌরকপ নোংগুমবনি, অকিব কংন সিংলকপ মুংসিংকুমবনি, খংপ্রেক খংন খাকপ নোংখাককুমবনি। মীকুপত মিপাইথিন কুপপ নোংথাংগুমবনি। কোরৌগুমন লুমবনি, মালেমগুমন পাকনা সনবনি, মুংসিংগুমন লমদম খুদিং থুংবনি। মতৌ অসুম ওইরব মতিক-ময়ায় চাউরব রাখলসিবু ভমজদরিবমখৈ রাখলন ইংন-তপন তপথদরিবমখৈ, রাখলন অরেপপ ওইন লেপতরিবমখৈ, তাইবংপান অসিদ লাইনিংথৌগী থৌজাল মরিক কংজব, পুন্সি মঙালতন নিংজব মহৈ কংজব, অরাবগী অরাব মশকনি হায়বদ চিংনকম লৈতে। রাখলবু ভমজদরিব মখৈ তাইবং পুকনিংন লিংখৎচব, সেমগৎচব, সাগৎচব, য়ায়ফরোন কয়া কয়াবু রাখল রাখল মাগী পাঙ্গলন, রাখল মাগী মথৌনান মিকুপকি মনুংদ অহুম ওইরব তাইবং পুকনিংগী য়ায়ফরোনসিং অহু নমথেকতুন, থুগাইদুন অরেমব ওইদুনা তোকলি। কংজগদব মতিক-ময়ায়, মঙাল, য়ায়ফ-থৌজাল, সিদমহৈবু কংহনদহুন লমখাংদ কেমহুন মাংহললি।

অসুম ওইরব রাখলবু ভমজগদবদি রাখলবু মতমলৈব খিবিকত লুংসিন, পামুন, সেন্নহুনা ইংন-তপন থেমহুন, নিংবগী লমবেনদ পুরক্লনি। নিংজবগী লমবেনদ রাখল মান হেক হেক পামসলজকপ তাইবং মরম খিবিকতগী, রাখলবু পুথোরকনব হোৎনগনি। রাখলনসু অম নত্রে অম, হনজিন হনজিন পামসিন্নকনি।

পামসিল্লকলিব মবম অচুনস্থ নিংজবগী লমবেনদ অকাইব ওইন পিরব মতমদ নিংজব পাঙ্গনন, পুকনিংগী অরেপপ লেংদব থাজবগী মশিং হেনগৎহলছুন রাখল মান পামমিব অকাইব লমবেনবু চুমথোকয়কনব হুম্ন হুম্ন হোৎনজগনি। নিংজবগী পাঙ্গলগ পুকনিংগী থাজবগন রাখলবু হকচাংগ মিগ লোয়নবগুমন লোয়নছুন মতম পুমনমকত কন্ন সংগনি। রাখল মহাকন পামমিব, চেললি চেললিব তাইবং অকাইব লমবেনবু থাদোকহন্নব কন্ন হোৎগনি। হকচাংগ মিগ অনিন, হকচাংন লেপপ ফমব, হিপপ চৎপ, মওং মতৌ, মমি মঙান মতুং ইন্ন মিগী মওং-মতৌ ওইবগুম রাখল মাবু থেমজছুন, হোৎনজছুন নিংজব খুছুম চন্ন নিংজবগী লমবেন মতুং ইন্ন রাখলবু লেপহন্নব হোৎনগনি। নিংজবগী মতুং ইন্ন রাখলন ইল্লগত নিংজব মহৈ য়ানব ঙমজে। অকনব লানকমগী ময়ায়দ ময়ায় কারব লানমি লুচিংবগুমন, পুন্সি লানকম তমপাকত ময়ায় কারব অঙমব লানমি লুচিংব রাখলনি। মিৎ, নাতোন, নাকোং, চিন, লৈ, অসিনচিংব ময়াম অসিন অঙমব রাখলগী মিকুপ পুংজা খুদিংগী অকনব মতেং পিন্থুন নিংজব তাইবংগী নিংজব লমবেনবু থুগাইনব মিকুপ মিকুপকি লানদাব মতেং পিবি।

কল্লব লানমিসিংসিগী মমুংদ অপামব কৌব লানমি অসিন নোংখাংগুমন কুপহুন পুকনিং লৌসিংবু স্থমহৎতুন নিংজবসিংগী অকিব কংলব ম্রেকন মায়োক য়ারি। অপামব হায়বসিন মতোইন পামসিল্লকলবদ তাইবংগী নিংজব পুমনমকপু কাওহনহুন অফ-কৎত খংহনদহুন, হৌনৈ হৌনদে খিদহুন, অপামবগী লমবেনদ নিংজব

তাইবং মাগী মপুন্সি অদো মাইকৈ খংদন তাওথব হৌরকই। মিৎ, নাতোন, নাকোং, চিন, লৈসিং অসিগী মম্পুংদ অপামব কৌব অসিন নোংথাংগুমন কুপতুন তাইবং থরাই হংকচাংবুস্নু স্নুমহৎহললি। মিৎন উরি, উরগ উনিংব, য়েংনিংব, অপামব পোকহললি ; না-কোংন তারি, তাবগ তানিংব অমস্থং তানিংবগ লোয়নব উনিং য়েংনিংব অপামব পোকহললি। নাতোনন মনম নমলি, নমবগ লোয়নন নমনিংব অপামব পোকহললি, চিন-না চারি, চাবগ লোয়নন চানিংব অপামব পোকহললি, চাব মতমদ লৈন অহাওব খংহললি, খংবগ লোয়নন অহাওব অপামব পোকহললি। মতৌ অম্নুমন নিংজবগী লমবেনদ মিকুপ পুংজা খুদিংগী হায়রিব লানমিসিং অসিন অপামবগ লোয়ন লোয়নন লাকতুন নিংজবগী নিংজ লমবেনবু থুগাইগদগী পুকনিং লৌসিংবু স্নুমহৎলি।

মরম অমরোমদন চেকসিনগদবদি করিগুমব অপামব লাকতরবদি অপাম্ব মাগী মহুৎসিনব অকনব লানমি অম থারকই মহুদি মিৎন য়েংনিংদব, নাকোংন তানিংদব, নাতোন্ন নমনিংদবা, চিন্ন চানিং-দব, লৈন হাওতব ; মতৌ অম্নুমন লাকলব মতমদ অপামবগী মহুৎ সিললিব লানমি, শাউনিংব হায়ব অমন নিংজব মাগী নিংজব পাঙ্গল পুমনমক চাকথেকতুন পুমমাং মাংহললি। অপামবগী লমবেনদ কারলতাব অপামবন নিংব থুগাইরি। পামদরে, পামদবগী হৌরককম অহু নিংসিংহুন অশাউব কাহুন নিংজব মাংহললি। মতৌ অম্নুমন নিংজবগী অকাইব ওইরিব লমবেন অনিমক অসিবু পুন্সিদ য়ামন কন্ন সেন্নগনি। অপামব অমস্থং অশাউবনচিংব মিৎ, নাতোন,

নাকোং, চিন, লৈসিংসিগী মনুংদ রাখলন মনিংতমন মদোম মখৌ সিজিন্নহুন অমা নত্রে অমা থাজিনহুন নিংজব মাগ পুন্সি লানথেংনহললি।

মথং মথং লানথেংনবদ চোকথব লৈতন লানথেং কল্লগভ নিংজব মহৈ খজিক ফংজব ওমজৈ। ময়াম অসিগ সিনদোকসিনজিন লানথেংনবদ করিগুমব নিংজরিব তাইবংপান মহাককি নিংজব পাংগলগী অরেপপ লেংদব থাজবন কল্ল লেপখিহুন সুপলেং লেংখিদরগদি, লানমি লুচিংব অওমব ওইরিব রাখলন লননাই ওইব অকনব মতেং পিহুন নিংজবগী মনুংদ চংহুন নিংজরিব মহাকন খললিব অমসুং নিংজরিব লমবেন অহুদ অক-কৎত, অচুম-অরান মথোং মরম ইনাই-নাইদন ইচাই-চাইন নোংথাংগুমন তকুপ তকুপন পুকনিংদ লৌসিংদ কুপসিল্লকতুন নিংজরিবসিংগী অরাব ওয়হললি। করিগুমব পলেপফম খংহনদহুন নিংজব পুকনিং চরাংহললি। মতোমতগী খনদোক-খনজিনদ রা তাইসিনব অরাব ওয়হললি।

মসিতসু নত্তন তাইবংগী অপাম-নুংসি, ঐগী মাগী নাপন চাউজনিংব অহৈ-হৈতনচিংব কয়া কয়ান রাখলগী মতেং ওইহুন পুন্সি লানফম তমপাকত্ত তাইবংগী অকি তুজুং পিরি। পুকনিং লৌসিং মিপাইহললি। থরাই হকচাং, পুন্সি, পুকনিং লৌসিংবু খুহুম চম্ন পাললি। রাখল অমসুং মহাক্ত কোল্লব মিৎ, নাতোন, নাকোং, চিন, লৈ, অপামব, অশাউবনচিংব নিংজবগী অকাইব ময়াম অসে ওমজদনদি নিংজব মহৈ মানর অরাবনি। ময়াম অসিন মনুং মপাল নাইন লোম লোম্ন, থুপন কোংন,

মিকুপ খুদিংগী, পুংজা খুদিংগী পুন্সি লমবেনদ অকাইব ওইহুন নিংজব পাঙ্গলবু ময়েং তাহললি। মতম মতমদ ময়াম অসিন তিন্নহুন, পুল্লপন লৌনম নমথাক তৌহুন মীওইবগী পুকনিংদ অশাউব পোকহললি। অশাউবন মতোইন কন্ন শাউখরবদ অফ-ফত্ত, অচুম-অরালবু থাইরিব লৌশিংবু মমহললি। লৌশিংন মমখরবদ নিংশিংব পাঙ্গল মাংলগনি। নিংশিংব পাঙ্গল মাংলবদি নিংজব লমবেনগী অথোইব তমপাকতগী কিনথরগনি। মরম অসিন মতম পুন্নমকত অয়িংব, অতপপ, অলুমব তমগনি। মরম অমন থোইদোকন য়েংগদব অমদি অপামবদ মরম অনি থোকলি। অক্কব য়ায়ফব থৌজালগুমলব নিংজব মহৈ পামব অমনি ; অকাইব অমাংব নামুংব, অশোইব অরানব লমবেন পামব অমনি। মরম খিবিক অসিগী অফ-ফৎত রাখল মঙাল তানবগীতমক পুন্সিদ য়ায়তিনগনি।

## য়ায়তিন

## ( ৩ )

মপুগী অশেংব মওং-মতৌ করিনো হায়বদ—য়েংথি য়েংথিবন মওংনি, উথি উথিবন মতৌনি, পুন্নমকন মপুনি, মপুন পুন্নমকনি। মালেমদগী উরি-উপাল হৌরকপগুম, হকচাংদগী শম-তু চোংলকপগুম, ইশিংদগী কোংগোন পোকলকপগুম, মীয়াংগী মহুমন মশাদগী ওইরকপগুম, তেংবানব মালেম তাইবংপান অচৎ-চৎত পুন্নমক তেংবানব মপুগী মশাদগী হৌরকপনি, পুন্নমক অসিবু য়োকপী-থাকপী, ভাকপী-কোনবীহুন, পুন্সি মতেং পীহুন, তাকপি-তমবীহুন পুন্সি লমজিংলি। থোইদোক হেনদোকপ অমদি মালেম তাইবংগী অরাব কোকনবগীদমক কোরৌ মালেমন তাইবং মীয়মলেনগী মওংদ, তাইবংপানগী মতৌদ মতম মতমগী শায়োনলি, মতম মতমগী য়াথোকলি। মালেম তমপাককি মীনমব মরা ফুকতুন, লৌনমব মউ তুপতুন য়াথল পুকনিং লৌশিংন, মতিকন, ময়ায়ন, মঙালন লংজব মমি ককতুন, মরাল চৈয়াক তমহুন অচুমব মরু হুল্লমমি, অয়েপ্প পামেল লিংঙমমি, য়ায়ফব লমবেন শেম্মমমি, থৌজাল মহৈ থমমমি।

মনিংতমব মপুনি, শায়োন শায়োন থুদিংগী, য়াওন য়াওন থুদিংগী মালেম তাইবং-তাইবংগী পাওচেল মথৌনুংদ হিংচা-য়ায়তমগী পুকচেল চৎপ, তাইবং লমবেন মশক খংদব তাইবং মীওয়ন, য়েকন

মযুং কাহুন, অপনব মফেন মৈহুন লাইনিংথৌগী তাইবং খুনথোক মথৌদ, কোরৌ মালেমগী মালেম তাইবং পাওচেলদ অকাইব পীগদগী মিকুপ পুংজা খুদিংগী থৌরাংলি। অচৌব অপনব অথিংব কয়া কয়া লোয়নন য়েকন মায়োক য়ারি। অঙকপনি! মপু মায়োক লানকমদ হিংগদবা কনা লৈ? মৈরানবিন মৈবু উরগ কল্লকপগুম, মিহৌবগুম, শাউনিংবগুম, য়োৎসননিংবগুম অসিনচিংব তায়োম্নব রাখল কয়া কয়ান মদোম মথরাই মাংগনি হায়বদি ইথন-খনদন, মৈনুংদ চোংসিন চোংসিনহুন মথরাই মাংবগুম মপু মায়োক লান-কমদ মতোম মতোমতগী মথরাই অদো মাংহুন তোকই। পুন্সি নোংমতগী নত্তবন, মালেম তাইবং ওসিতগী নত্তবন কনা কনা-গুমবন মপু মায়োক য়ারুবদগী হিংন হিংন শিবগুমন মপুন্সি অহু তাইবংদ চন্নব য়াদহুন শিশি শিঙমদ, হিংশি হিংঙমদ কিভমদ তাহুন তোকই। মপু মাগী থৌরমদি নিংব নিংব পানসননি, মতম মতমগী পানসন চনহুন য়াওন য়াওনগী পানসন থোইহুন নিংজবসিংগী অচৌব সিদ থৌজালন, অরেপ্প লেংদব পাওচেলবু মালেম তাইবং-সিদ মপু লৈ হায়ব অচৌব খুতম ওয়ন থমলমমি। নিংজবসিংগী অচৌব পাঙ্গলন মপুগী পাঙ্গল অকনবনি হায়ব অচৌব খুতম থমলমমি।

মতৌ অসুমন য়ায়বি য়েলহৌঙৈ অমম-লৈশানরকপ মতমদগী হৌন মালেম তাইবং কোরৌ মালেমগী থৌজাল মরিকপু তাইবং-পানগী পাওচেলসিদ য়ায়ক থৌজাল থৌগলন তাইবংপানবু মিকুপ পুংজা পুরি। মতম কয়া লাকলি, কয়া অমুক হৌখরি, মীয়োল

কয়া লাকলি, কয়া অমুক হনখরি, মপুগী তাইবং পাওচেক্সন লাকপ হনব অরান-খুঙম পীরি, মতৌ অসুমন মতম মতমগী তাইবং অচৎ-চৎত খিবিককি পোক্কপ, শিব, পানব মরম খিবিককি য়ায়ক লমবেন, শিদ থৌজাল শিদ মহে কয়া কয়ান লৈতেংহুন মালেম তাইবংগী ওইব নুংসি-লৈপুন, পামু নোংদম, হৌন লমবেন, পথাপ, পরম, য়ায়রোন থৌচৎসিং অসি পুকনিং পুকচেল অমত্ত ওইন য়াজন নিংজহুন নোংম পুন্সি লেনজব পুন্সি মহেনি। মপুন শেমব মালেম তাইবংপানদি ঐখোয়ন নোংম নুমিৎ খুদিংগী অহিং-সুংখিনদ উরিব অচৎ-চৎত নুমিৎ থা, অপাল অরং কোরৌ মালেম কুমজা কুমদমন লৈতেংলিব অসিমতনি, অনিসুব লৈব নত্তে। তেংবানব মপুগী অমত্ত ওয়ব লেংদব লননি, লেংদর্ব য়ায়নি, লেংদব য়ুমকমগী লেংদরব য়ুমলেম য়ুমজাওনি।

অসুম ওয়রব তেংবানব মপুগী য়ুমলেন, মালেম তাইবংসিদ লৈন লৈন মপুবু নিংঙে নিংজব মাগী মহে অমসুং মপু মশক খংবগী খুৎতম; মপুবু নিংদরে, নিংদব মাগী মহে অমসুং মপুন্সি অরেমবগী খুৎতম, অচৌবনি মপুবু নিংঙে অমসুং মপুবু নিংদরে অনিমকতসু মপুগী খুৎশেমসিদ লৈগদর লৈরি, মপুগ ঐগা য়ানদে ঐ লাই য়াজদে হায়হুন অতোপপ মকমদ চেনহুন লৈরুগে হায়বদি য়াব নত্তবনিন মান য়াদরিব অমসুং খাজদরিব মপু অশুগী খুৎশেম তাইবংসিদ লৈক তারি, খয়কমগী মশকনি। মপুবু য়াগে য়ান লৈরে, য়াদরে য়াদন লৈরে, য়াদরিব মান য়াদ য়াদন শিরে অমুক তাইবংসিদ পোকই, চংভিঙৈদসু, শিরগসু মতম পুন্নকত মালেম তাইবং

অসিদ পুন্সি কুমৈ লোমনব ঙাকত্তনি। মপুবু য়াজবসিংন মপুগী মনাক নকপ খজিক ঙমজখি। মপুবু য়াদবসিংন মতোমতগী য়াজদব রাখলন মতোমতগী মরননাই ওইদুন মতোমতন মপুদগী লাপথোকচখি। মপুনদি কনাবুস্থু মাথোকলুব লৈতে। মতোম মতোমতগী রাখলন, মতোম মতোমত মরিং-মরাংজদুন পুন্সিচুপ্প চিংনব কয়া কয়ান রায়েললি। মরম অসিন মরু ওইন য়েংগদব হোৎনগদবদি শেমবিব মপুবু কাউজদব, শেমবিব মপুগ য়েকন পুকচেলন রায়েল্লকতব, মপুগী য়ায়করোন থৌজাল মরিক ইংন ইংন, তপন তপন খিকতুর্ন পুন্সি ইকাহনগনি।

পুন্সি চুপ্প মপুদগী নিজগদবদি মতম পুন্নমকত মপুবু কাউজদব, অরাব, অনংব, অনাব, অয়েৎপ খিবিক্ত ইবুঙো মহাকপু থাদোকচদব, অকাউস্নুং লৈতন, তৎপ কাংব লৈতন, মপুগী মিংখৈ শোনজব, মপুগী কোলোয় শকচব, ইবুঙোগী খুয়া থমবালবু থমোই চেৎন নিংব কংজব পুন্সিগী অথোইব লননি হায়ন নিংগনি। তেংবানব মপুবু নিংজব অমস্নুং নিংজদুন ইবুঙোবু ফংজব হায়বসি মতম কুইন চংব নত্তে, নিংজবগী লমবেনদ কংবদি মিকুপ অমগী মনুংদ কংব ঙমজে, মিকুপ অমগী মনুংদ নিংজব মহৈ য়ানব ঙমজে। অঙকপ কংব খন্নকমদি মিকুপ অমগী মনুংদ ফংঙিব অদুগুমলব থৌজালগী মশক ওইরব মিকুপ অদুবু তানবদ মিকুপ কয়া, নুমিৎ কয়া, কুমজা কয়া কয়াগী মথৌ তারি। অসিতস্নু নত্তন মপোক কয়া কয়াগীস্নু মথৌ তারি। অস্নুম ওইরব থৌজাল মপুং, লৈতেং মিকুপ অদুগী, মিকুপ অতুপীতমক তাইবং পুন্সিদ, কয়া কয়া পুন্সিগ লানথেংনরগ কোয়ো মালেম লাইনিংথৌগী থৌজালন অদুগুমলব মিকুপ অদুবু পুন্সিদ কংব ঙমজে।

মপুবু নিংজবগী লমবেন অসিদ মরু ওইন থাদোক্নদব অমদি ওইজব তানব হায়ব অসি থাদোক্নি। ওইজব থাদোকপ ঙম্মব তাইবংন মপুগী মঙাল লেপন ফংজব ঙমজে। মহাকন তৌরুবস্ন তৌজমল মহৈ শোয়দনমক য়াললি। ওইজব থাদোকপ ঙমলব তাইবংগী থমোইদ পুন্সিগী অয়িংব শরুকন থমোইবু থরাই হকচাংগ লোয়নন অপেনব মহৈ থোৌগলন পুন্সি মহৈ য়ালহললি। ওইজব থাদোকপগী লমবেন অসিবু মরম কয়ামরুম স্রুরি। (১) কনাগুমবন লৈপাককিতমকনি, লৈপাককি য়ায়ফনবনি হায়দুন মশাগী অমস্তুং ময়ুমগী ওইজব পুন্নমক থাদোকতুন মপুন্সিদ লৈপাককি ফনব নত্তুন মশাগী লম্নাই ওইব তানদহুন ওইজব পুন্নমকপু লৈপাককি ওইন মপুন্সিবু নুংশি খুদোললি। (২) কনাগুমবন মহাককি লৈকাই, খুননচিংব থংনব নকনব খুঙ্গংসিংগী য়ায়ফনবগীতমক মশাগী লননাই ওইব ওয়জব থাদোক্তুন থোৌনোমমি। (৩) কনাগুমবন মালেম তাইবং পানবসিংগী য়ায়ফ থোৌজান পুন্সি মহৈ ফংনবগীতমক, মহাককি তাইবং মতৌ ওইবগী নুংঙাইব হয়াওব পুন্নমক থাদোকতুন, মশাগী ওইব ওইজব পুন্নমক লংশেকতুন, মপুবু নিংজহুন তাইবংপানদ অয়িংব শরুকন্দ তাইবং পাওচেল য়ায়ফন মপুগী মতিক থোৌগললি। মতৌ অস্নুমন ইশাগী ওইব ওইজব থাদোকলগত ঙমখৈ খজিক ফংজব ঙমজে।

মপানগী অস্নুম ওইরব থোৌরমগীতমক ইশাগী ওইজব থাদোকপ ঙমমুদরবস্নু ময়ুমগীতমক লননাই ওইব ওইজব থাদোক্নি। মহুদি ঐন থর য়ান লৈরবস্নু য়ুমগী ইমা ইপানচিংব ময়ামশিং অসে

নুংঙাই-য়ায়ফন লৈব, ঐন ফিশেৎ অলু-অহেন শেৎতরগস্সু য়ুমগী ময়ামন ফিশেৎ মনিং থুংন শেৎচব, ঐনা খর য়াৎন চারগস্সু য়ুমগী ময়ামন মবুক থনন হাওন চাজব, মতৌ অস্সুমন ইশাগী থৌরাং থৌনোম তাইবং লিচৎ-শাজৎতগী তাইবংগী য়ায়ফব ওইব হায়ন খললিব মীওইন পুন্সি ম্রহৈ ফংব ঙমজে। মরম থিবিক অসিস্সু কনাগুমবন ঙমদব থোকলবদি য়ামদরবদ মশা। মশাগীতমক মশাগী ওইজব থাদোক্কনি, মহুদি মশাগী থৌদাংদগী, মশাগী থৌশিনদগী, মশাগী লমচৎ-শাজৎতগী মদোম মশাবু মদোম অরাব তাহনফদে। মশান নত্তব, তৌহৈদব, ( কারলতাব ) নামুংবা থৌরম তৌরুরগ মশাগী মিংচৎথিব লৈখাতাব, মীগ তিন্নব য়াদন লৈফদে। মতেক অম শেৎলগস্সু, মচেৎ অম চারগস্সু লাইরু-খাংপোকশংদ লৈরগস্সু মতম লৈবথিবিকত পুন্সিগী ওইজব খর থাদোকলগ মশাবু মশান শেনজহুন, মশান মশাবু ঙাকচহুন সিংলুপ-কৈরুপ, ইরুপ ফুরুপক শেগ-মাইগ নুংশিনন লৈমিন্নব পুন্সিদ তানগনি।

মালেম তাইবংসিদ লৈরিব থরাইপানব পুম্নমক মপুগী থুৎ-শেমনি। থোইদোক-হেনদোকন য়ুমদ লৈমিন্নরিবা ইমা-ইপা, ইচা-ইস্সুনচিংব পুম্নমক অসে নোংমদি শোয়দন হনগনি হায়ব লেপন লৈরি। কনান হাম্ন হনগদৌরিব, কনান কোনগদৌরিব মপু মাগী নোংদমনি। ঙসি করি থোক্কনি পাওচেলদে হয়েং করি ওইগনি পাওতাকতে। অহান অকোনতনি হায়ন খনহুন পুম্নমকপু অমত্ত ওইব পুকচেলন নুংশিবিরিব তাইবংগী পুকনিং লৌশিংদি শিদ মঙালতন পুন্সি মঙাল ফংব ঙমজে। পুন্সিদ

ইমানি ইপানি ইচানি ইসুনি হায়ন খল্লিব চামিম্নরিব লৈমিম্নরিব, কৈরোইনি লৈকাইনি হায়ন পানমিম্নরিব পুম্নমক অসে মপুন থারকপ মপুগী নুংশি খুদোন অমমমনি। কয়ানি লৈমিম্নগদৌরিব, কয়ানি চামিম্নগদৌরিব, কয়ানি পানমিম্নগদৌরিব কনা অমত্তন হায়ব ওমদে। মালেম তাইবংপান মপুগী য়ুমজাওসিদ পুন্সি য়ুমথুংমিম্নরিব মপুগী নোংদম মতুং ইন্ন মহাক মহাককি পুন্সি চেংচেন চেংসিং মতুং ইনন তাইবং চারা কয়ামরুম চামিন-লৈমিন পানমিম্নরগ তাইবং চেংচেম্ন লোয়ব, পুন্সি চেংসিংন সুরবদ লাকপ হনব মপোক ওইবন, মথং নাইন হন্নরকপনি হায়ব খনহুন তাইবং পুন্সিদ ওাংগদব কয়া ওাংদদন, চৈগদব কয়া চৈদদন, ফুনগদব কয়া ফুনদদন, খৎনগদব কয়া খৎনদদন পুন্সি পোকপ অপোকপ, পুন্সি পুব মপুগী নুংশি নোংদম ওাকতনি হায়ন খনহুন, পুম্নমকপু নুংশিব পুকচেলন লাংগোল্লিব তাইবংন শিদ পুন্সি ফংব ওমজে।

লাকপদ কনা লোয়নরক্তবগুম হনবদসু কনা লোয়নরোই খনহুন পুন্সিদ থৌজালগী মশক ওইরব য়ায়কব থৌরমসিংবু থৌ-নোমজহুন মপুগী নোংদমতন ফংজব পুন্সি মহৈতমক লোয়নন চৎকনি হায়ন খল্লিব অমসুং খনব মতুং ইন্ন য়ায়ক থৌনোমজবিব তাইবং পুন্সি মহৈ ফংব ওমজে। মালেমসিদ মহাক মহাকন নিংজব মতুং ইন্ন মপানথোংদ মখুৎন মথোংন থোংন, থৌরম অহু পাংথোকচব ওমজব, নিংব অমসুং থৌপাংব, মনুং-মপান শেংব মানব মীওইবন পুন্সি মহৈ ফংব ওমজে। পুকনিংতন পংনিংতমক নিং, থৌরমদি ইপু-পুদ, তৌগদব নিংজব মথৌদাংদি ইতৌ-তৌদরিব

মীওয়ন নিংজব মতুং ইন্ন নিংজব মহৈ খজিক কংব ঙমজৈ। নিংজবস্মু লৈতব, থৌরমস্মু পুদব মন্নুং শেংবর হায়বস্মু শেংদব, মপান শেংবর হায়বস্মু শেংদব মীওয়ন পোকচমনগী পুন্সি ললোন মহৈ তোংজদদন অরেমবদ পুন্সি লোমহুন তোকই। য়ায়রোনগী মঙালদি শিংথা ঙমখৈ লৈতবনি; তাইবংপানসিদ লংঙিব অপাল-অরং থোকলিব নুমিৎ থা লেপপি চৎলিব, অচৎ-চৎত পাললিব, লৈপাক খুঙ্গং পুম্নমক অসে য়ায়রোনগী মঙালনি।

য়ায়রোনগী পাওচেল, য়ায়রোনগী পাওতাক মতুং ইন্ন কুমকা কুমদম রাখল মঙাল তাহললি, মালেম তাইবংসিদ লৈরবদ পুন্সি লমতুপত মথৌতাব থৌচৎ পুম্নমক য়ায়রোনগী মঙালনি। মপুগী খুৎসেম অসিবু নিংথিজন মশক খংহললিব য়ায়রোনগী মঙালনি। লাইরমলেন মীরমলেনগী থৌজালগী মশক ওইরব ইরাৎলোন পুম্নমক য়ায়রোনগী মঙালনি। হৌনৈ হৌনদে, তৌহৈ তৌহৈদে, ইমা ইপা শাগৈ ঙাইবু মশক খংহললিব য়ায়রোনগী মঙালনি। মালেম তাইবংপানগী য়াং ওয়রিব য়ায়রোনগী মঙালনি। য়ায়রোন থৌচৎকি মনুংদ তেংবানব মপুন নিংজব য়ায় ওয়বি। অস্মুম ওইরব য়ায়রোনগী মঙাল উননব নিংজব য়ায় ফংননব পুন্সি মহৈ য়ান্নব পুন্সিদ য়ায়তিনগনি।

# ঈথৌ ঈকান ঙমখৈ

শাইওন থোইব লাইনিংথৌ, থৌজান থোইব ইনিংথৌ
মতমগী লাকয়েন পুরিব, ঈথৌ ঈকান সিদব
মতম মতমগী শাইওনলিব, মতম মতমগী রায়েললিব
শাইওন শিদ খুক্তমনি, রায়েল শিদ থৌজাননি
মরুগী মরক্ত অতিয়া মরু, অপোকপগী মরক্ত শলাইলৈন (শোরারেন)
লাইগী মরকত লাইনিংথৌ, ঈগী মরকত ঈপুথৌ
মহীগী মরকত মহীরেন, অসেংবগী মরকত কোনসেংস্না
তুবি শাইওন তাওরোইনাই, নোংশা শাইওন অথোইব
মাইকৈ কাবল নিপানসে, লৈথক লৈখা তরাসে
নওং নতৌ ঙাকতনি, নয়ায় নঙল তমপাকনি
নওং লৈবন ফজবি, নতৌ লৈবন নিংথিরী
কোরৌ রাংন নিললিব, হেনবু হেনব অহেনব
মিৎস্না কোরৌ খুয়াখা, চিঙঙু নখোং থমবালদ
খুবাম তরা লোম্নতুন হনন হনন পুনেমজৈ।

# নিংজব মহৈ

নিংঙ্গুনে পুকনিংন শোললুনে লৈয়েংন
ঈথৌ ঈকান, ঈথৌ ঈকান, ঈথৌ ঈকান শিদব
পুকনিংগী লমজিংনি লৈয়েংগী মহৈনি
পুন্সিগী মঙালনি রাখলগী থাংমৈনি
অরাব কোক্কনি অনংব লেনগনি
নিংজব থুংগনি তাইবংপান ঙানগনি
মচাবু চানবিব মনাইবু কনবিব
থৌজালব মপুনি কুবিব রায়েলনি
অতৎপ লৈতন অকাউনুং নাইদন
খুয়াদ চংজনি অরাল-খুক্কম ফংগনি।

# য়ায়তিন

## ( ৪ )

মালেম অসিদ থরাইন য়ামন নুংশিজব থরাইদগী হেন্না পামুজবদি মশাগী কয়াৎনি। য়েলহৌ মৈচিনঙৈ তাইবংপান হৌঙৈদগী থরাইগ কয়াৎকা মপুগী নোংদমখোন মতুং ইন্না নুংশি চিলোক পামু চিনতিন-নহুন, নোংম নোংদম পুন্সি লেনমিন্নরব কয়াৎনি। রারে রামিন্ন-রকলব, নুঙাইরে নুঙাইমিন্নরকলব কয়াৎনি। কয়াৎ য়াওদন থরাইন কৈদৌনুংদস্থু তাইবং পুন্সি কুমৈ শান্নব য়াব নত্তে, থরাইগী মতিক উৎপ ঙম্বব নত্তে। থরাই য়াওদনস্থু কয়াৎতন মিকুপ অমগী ওইন মালেমসিদ হিংহুন লৈব য়াব নত্তে। থরাই হকচাং অনিন স্থুপন অমত্ত ওইন লৈমিন্নহুন শেমবিব মপুগী মতিকপু থৌগলন্সি। থরাই অমস্থুং কয়াৎ অনিগী মরকত শেমবির মপুন থাংমৈ ওইন ভানথোইরি। ইবুঙো মহাককি মশেক মঙালন থরাই হকচাং হিংমিন্নহুন লৈমিন্নবি। চারা নাম হেল্লবস্থু থরাই হকচাং অনিন অনা-অয়েক য়াওদন লৈমিন পানমিন্নব পুন্সি মহৈনি। থরাইন কয়াৎপু মিকুপ অমগী ওইনস্থু থাদোকনিংব লৈতে, অহুবু নোংদম-খোল মতুং ইন্না কয়াৎন য়ারকত্রব মতমদ থাদোকতব য়াদহুন নুংশি নুংশিন, পামু পামুন কয়াৎপু থাদোকলি।

অহন মতাংবু ওইরকপ ওইরবস্থু, অনা-অয়েকন হকচাংগী শিংলি তাংলি, ইরম ইখোং কিনথরকপ, শোকথরকপ, শোনথরকপনবু

ওইরবস্থু, কয়াৎকি অলোইব ঙমখৈ লাকপ মতমদ থন্নাইন শোয়দনমক্কি কয়াৎপু থাদোকলি। মতৌ অস্থুম্ন থন্নাইন কয়াৎপু অমুক অমুক থাদোকপ মতাং অসিদ মপাং কাইনখরব শক্তিগুম, মনুংশি লৈরাং কেনখরব খোইমুগুম, হনদককি কয়াৎ নুংসিবী থন্নাইগী য়ুমথুংকম ওইরিবী তাইবং পুন্সি কুমৈদ পুন্সি মৈশা খাংমিন্নবি, পুন্সি অলোইব নুমিৎসিদ ঐদি নুংশিব থাদোকদৌরে, পামুব লম্মুকনগদৌরে হনদক্কি কয়াৎ নুংশিবী লৈহৌরোকো মালেম লৈশাদ, ঐদি থৌজানগী থৌজান লৈকোন তম্মগে, শেমবিব মপুগী মকমদ নুংশি পাওদমজরুগে, পামু তেংথাজরুগে—মতৌ অস্থুম্ন থন্নাইন তেংথা তেংথান কয়াৎকা খাইনজৈ। নুংশিবগী লৈকোন্নি, পামুবগী হৈকোননি, মালেমসিদ য়ায়বি থন্নাই কয়াৎপু রাখল পুকনিং লৌশিংগী থৌজাল মঙাল অমস্থুং য়ায়ক-থৌরম থৌদোক শাজৎ-লমচৎন নুংশি পরেং ওইদুন পামু লৈপুন্ন, পুন্সি হুকচব তাইবং মপুগী ঙমখৈন পুন্সি মঙাল ফংব ঙমজৈ। অস্থুম ওইরব থন্নাই হুকচাং কয়াৎকি মরু ওইব লনদি তাইবং কমবিয়ায়নি।

মালেম তাইবংসিদ করিগুমব য়ায় অমা লৈরবদ য়ায় অহুবু কন্নবগীতমক মপানগী য়েক্লব কয়া কয়াগ মায়োক য়াবগী মথৌ তাবগুম তাইবং হুকচাং কয়াৎকি কমবিয়ায়বু কন্নবা সেন্নব হোৎনবদ পুন্সি রাখল পুকনিং লৌশিংগী মনুংদ য়েক্ল মায়োক কয়া কয়া য়াবগী মথৌ তারি। য়ায়পুব তাংজ লিন্ন মহাক্কি য়ায় অহু কন্নবগী-তমক অচিকপ লৈখুন, অচিকপ উমং, অচিকপ উখোং তানবগুম কমবিয়ায়বু কন্নব পুন্সিদ অচিকপগী মথৌনি। মহু চাউব তাংজ

লিন কয়া কয়ানা য়ায় অহু মুনগদশী য়ায়পুব লিনদ অকনয় য়েক্ল লানদাবগুম হুকচাংগী য়াব ওইব কমবিয়াবব্ মুনগদশী, লৌগদগী মহৌশাগী মতিক-ময়ায় অকন অকনবন য়েক্ল মায়োক য়ারি। থোইদোকন মহৌশাগী চৎনবীনি, তাইবংগী হৌনবীনি হায়তুন অকিব কংলব লমচৎ-শাজৎ কয়া কয়ানা অকনব খুৎলাই থারি, মীওইব অকনব লানথেংনি। থোইদোক-হেনদোক্ল মতম মতমগী অকিব কংলব নোংনুংশিৎন থাকন লাওন ভংন হৌবগুম, পুন্সি লমতুপ কয়া কথাদ তাইবং মৈরা হৌবকপন কমবি য়ায়গী অরাব ওইরি। মাইকৈ অমবোমদ থোইদোকন চেকশিনগদব অমপুং য়েংগদবদি কমবি য়ায়গী মতিক মঙাল্লন তাইবংপায় লাইমৈপাকপু কংবা ওমজৈ নত্রগা তাইবং লৈখাতানা পুন্সি কেমহল্লি। য়াব মহাক্তি নিংব নিংব মতুং ইনবনি, রাখল পুকনিং লৌশিংগী লৈ-খোকত শাজৎ-লমচৎ ওইন শিঙেল পোয়মবদগী লৈরাং শাৎলকপ কমবিয়ায়নি।

তাইবং পুকনিং মতুং ইন্ন পুন্সি মহৈ থৌগল্লিবা কমবিয়াযনি। অকনবদ শিংথারে হায়রগ অকনব থামবি মৈয়ানি, অকিব কংন চাকপনি, চাকল্লিবমথৈ পেনদবনি, অকংব অশংব থাইদন, অক-অক্ত নাইদন, অশেং-অয়াং থিদন, লংশল্লি হুনজল্লিবমথৈ চাকথেকলিব থামবি মৈগুমবনি, অমাং-অতাগী মশকনি। মরম অমবোমদন থৌজালগী মশক ওইরব থাংমৈ মৈয়ানা, ইংন-তপন চিক্ল-লেম্না থৌজাল থৌগলবগুম কমবিয়াযন পুন্সি মহৈ থৌগল্লি। থুগাইব অকাইব অমাংবগী লমযেনদম্বু তাইবং পুন্সিবু মপুংকান লৈখা তাহল্লি,

য়ায়ক্ষবগী লমবেনদস্থু ক্ষমবিয়ায়না ইংন ইংখরবদ, তপ্প তপখরবর্দ, লেপন শিদ পুন্সি, শিদ মহৈ ফংবা ঙমজৈ। ক্ষমবিয়ায়ন ইংনা তপতরিবমখৈ নিংজব মহৈ ফংবা অরাবগী অরাবনি। ক্ষমবিয়ায়গী মকোন ওইরিব রাখল পুকনিং লৌশিংন মহাকপু শেন্নবদ মতম পুন্নমক্ত অরাব ওইরি।

(১) লুন-শেংন খজিকতং চাব-থকপা (২) য়াম্ন তুমদব (৩) য়াম্ন ঙাংদব (৪) অপাম-নুংশি তাইবং পুকচেলগী রাখলবু হন্ন হন্ন ঙাকচব (৫) হয়াউ-কুমৈ য়েংদব (৬) মীনা নোক্কবগী হয়াউনবগীতমক ফাগি-রাচোয় ঙাংব তাক্রদব (৭) অচিকপদ ক্ষমব (৮) অতপ্প অইংব অলুমব পুকচেল থমব (৯) অলানব মীবুস্থ ঙাকপিব হৈব (১০) চাব-চাদবগীতমক য়াম্না রাক্রদব (১১) রাখলগী অতনব থাদোকপ (১২) নুংথিন তুমদব (১৩) অচুমব ঙাংব শকপ শোনব (১৪) পুকনিংগী অপেনবগী, অপেনবগী ঙমখৈ থমব (১৫) অক্ষব নিংথিব, অচুমব রাখল খনবা (১৬) অরা-অনং অনিদ মপুগী থৌগনকাওদব (১৭) অহন-লমনগী অরেপ্পা য়াথং ইনবা (১৮) য়ায়রোন থৌচৎকি শিদ পাওচেল খিবিকপু য়াজন চৎপনচিংব তাইবং পুন্সিগী লাই ওইরব খুৎলাইশিং অসে লৈরবদি ক্ষমবি য়ায়গী মপানগী মহৌশাগী চৎনবী য়েক্কবন্নী মখুত্তগী কনহুন ঙাকতুন থমব 'খজিক ঙমজগনি। তাইবং পুন্সি লানক্ষমদ অরা-অনং কয়া কয়ানা থোইদোকন ইতোমতগী ইশাগী ঙাকপ ঙমজদব লমচৎ-শাজৎ, চিনচাক-লাংথক, রাঙাং-শঙাং কয়া কয়ানা পুন্সি নমহৎ-সুমহৎখিহুন রাখলগী পাঙ্গল চোকথরকতুন পুকনিংগী মৈরা মুৎথরকতুন, পুন্সি থাংমৈ মমথরকতুন

পুন্সি লানথেং-পাঙ্গল চোকথরকলব মতমদ থক্ক কোয়ৌ লৈরি, খাদা মালেম লেপলি কাওগনু।

তাইবং উনসান কুপ্প মীৎসিন শং-শংন উরি, শং-শংন অঙানব মঙাল উৎলি, শং-শংন অমম্ব মতিক উৎলি, শং-শংন অতিয়া মচুন হোংবলৈতন ফুদোংলি, শং-শংন নিংথম কামবি খায়রি, শং-শংন থরাই পানব পুম্নমকপু য়োকলি, শং-শংন অনৌ-অপেন পীরি। মতৌ অম্সুমন থৌজালগী মশক ওইরব কোয়ৌ মালেম ইমা ইপাগী থুয়াদ চংজরব তাইবং পুন্সি লানফম তমপাক্ত পাঙ্গল মরু হুনহুন, লৌশিংগী ময়োন চোংহুন, নিংজব পামেল হৌহুন পুন্সি মহৈ য়ানজগনি। য়ায়বি য়েলহৌডৈ তাইবংপান ওইডৈদগী হৌন কোয়ৌ মালেম, ইমা ইপা অনিনা শং-শংন ঙসিফাউব লেপতুন মতম পুম্নমকত তাইবংগী থৌজাল মপুং লৈতেং ওইন য়ায়ফ থৌরম থৌদোক, তাইবং চৎন লমবেন নিংনপুং, শোনপুং রায়েল পুংবু থৌগলবিরি।

কোয়ৌ মালেমবু কাউজদরিব ইমা ইপা অনিগী মহাপ মথুম মুংদ পুন্সি তোলোয় য়ায়ফবনি হায়না নিংঙিবা তাইবংনা শিদ উমংগী শিদ য়ায় ফংব ঙমজগনি। লমবেন অসিগ থোইদোকন য়েংগদবদি রাখলন য়াম্না কোইখন-খনহুন, কোইচেন-চেল্লব মতমদ পুকনিংন রাখলবু ফানব হোৎনগনি। মতুদস্মু রাখলগী পাঙ্গলন হেনখরগদি লৌশিংনা ফানব হোৎনগনি, মতুদস্মু রাখলগী পাঙ্গলন হেনখরগদি থরাইগী অয়েপ্প লেংদবা পাঙ্গলবু হাপতুন রাখলবু কাগনি। থোইদোকন হায়রগ থরাই য়াউব থৌরমদ লেপন থৌরম

মহৈ য়ানব ঙমজৈ। মতৌ অস্নুম্ন পুন্সিগী লমতুপন্ত কোয়ৌ মালেম ইমা ইপাগী থৌজাল লাংদ থগ্নাই য়াউজন তাইবং মথৌ পুব, পোকচব মহৈ য়ানজবনি।

হকচাংগী ওইন থল্লকপদ নোংন পংমংতমক মংব, পংথোংতমক থোংব, পংথাকতমক থাকপ, পংহৌতমক হৌব, তাইবং পুকনিং-তমক মিপাইহনব অহুগ চুদি থক চুদব, অশোমদন মালেমন কোয়ৌ লাইজ ফংদহুনা লৈক্রক লৈয়া চৎতুন থ্রক থ্রক কংন থাংবগুম য়াম্ন শাউগনব, য়াম্ন লাওগনব থোংগনব তাইবংন, মতোমতগী অশাউবগী নোংহৌন মতোমতগী থমোইদ মংহুনত লৈরবদি পুন্সি অন্নাবনি। থমোই অহু ন্নাই শংলরোই, থমোইগী ওমচাক্লব মৈন চাকশিল্লকতুন মালেমন লৈক্রক লৈয়া চৎপগুম তাইবং হকচাং কয়াৎ থমোই সুপন অন্নাব ওইগনি। থোইদোকন অশাউবগী থমোইদ মংঙকপ ওমচাক্লব অমম্বগ লোয়নন তাইবংগী নিংজব লমবেন অমস্নুং পুন্সি মথৌদাংগী অচৌব অপনব ওইরি। পুন্সিদ নিংজরিব লমবেনদ থৌগল্লিব মথৌদাংন সুপন নিংজবগী অকনব লেংদবন অশাউববু ইনথোক্লব, কোকথোক্লব হোৎনজবা পুন্সি মহৈনি।

# অউবা

তাইবংদ অউবা হায়বসে মরম অহুম থোকই (১) মীৎন শং-শংন উবা অমনি (২) রাখল লৌশিংন উবা অমনি (৩) তুম্মিথৈ মংদ উবা অমনি। মরম অহুম্মকসে তাইবং পুন্সিদ পুন্সিগী মথৌদাংদ অচৌব মতেং পীরি। মীৎন শং-শংন উন, য়েংন পুন্সি মথৌ পাংথোকই; মহাকন উজরিব অহুম্ম পুম্নমকন উবা ফংঙি। রাখলন লৌশিংন খনজব মতুং ইন্ন শং-শংন উবা ফংলকলবদ উরিব ফংজিব পোৎ অহু খনজরিব মহাক নত্তন অতৈ কনা অমত্তন উবা ফংদে। অম্মুম ওইরব কনা অমত্তন উবা ফংত্রিব পোৎ অহু উরিব, খল্লিব মীওই অহুন থরাইন থাজন মখুৎন, মখোংন থোংন তাইবং থৌরমদ শেমদোক-শাদোকতুন পুথোরকলব মতমদ পোৎ অহু লেপন অচুমব ওইরি। মহাক্ন খনজখিব মতুং ইন্ন মালেমসিদ পাইহনগে, চেল-হনগে, চোংহনগে, হৌহনগে, শকহনগে, শোলহনগে মরম খিবিকত্ত পাংথোকচব ঙমজে। মতোমত্তন মতোমতগী রাখল লৌশিংদগী মপুগী পাঙ্গলন উবা ফংখিব পোৎলম অহু পুথোকলব, শেমদোক-শাদোকলব, লেংথোকলব মতমদ উরমদরিব ময়ামনস্ম উবা ফংঙি। ময়ামগীস্ম পুন্সি য়ায়বি মরাংকাইব অরাল-খুদম ওইরি। মংদ উবা হায়বসিস্ম শং-শংন মওং কয়া কয়া উরি।

মংদ উবগী ঙমখৈ পীব খজিক অরাবনি। মংদ উবা মতমদ থোইদোকন মশাবু মশান অকাউব পীবস্ম য়াওরি। মহুদি লাইরখরব অমন ইনাকখুনব অমা ওইন উরমব, ইনাকখুনব অমন লাইরব

অমা ওইন উরমব, কজমন অথিব, অথিবন কজব অসিনচিংব কয়া কয়া তায়োম্নবস্থ উরি অহুগা হায়রপ খল্লকয় অমদি মং লৌব হুব অমস্থং মং মংথিবগী মিকুপ পুংজাগী মংলোন মশক খংব মীওইন মংলোন মতুং ইন্ন পুন্সিগী মথোদাং ওইন তাইবং কুমে শান্নরম্মি অমস্থং শান্নরি। মালেমসিদ মতিক-ময়ায় কল্ল-কল্লবা কয়ানা থোইদোকন য়ায়রোন থৌচৎতস্থু, সনালোন থৌচৎতস্থু মশাগী মংলোন মতুং ইন্ন তাইবংপানগী ওইন মপুন্সি থৌরম পাংথোকথিবগী খুতম চাউন চাউন লৈরি। থোইদোক্ল খল্লকমগী মশকতি অকি-অখং লৈরিব তাইবংন লাইগ হেক কংনব, লৌমমব মীনমব কয়া লৈরিব মিৎন মপুবু হেক উবদি য়াদবনিন পাওগী পাওতাক, লাইগী পাওচেন্নশিং অসে অয়ামব মংদ উৎকল্লি। উরি উরিবশিং অহু তাইবং অহুগী মপুন্সিদ শোয়দনমক্কি থোকই। খাইন উরিব মিৎ অসিন উরিব অসিদি মপুগী খুৎশেম অসিগী লংলি, ঙাল্লি, চোংলি, লেপলি, পাল্লি, হিংলি, মমলিব অমস্থং লৈপাক খুঙং, য়ুম-কৈনচিংব উবা কংজহুন পোকচমনগী পুন্সিগী অপেনব, নুঙাইব শরুক ওইরি।

রাখল লৌশিংন উথ্রিব মরমশিং অসে মপুগী খুৎশেমসিদ য়াউদরবর হায়ন থিরুবস্থ শোয়দনমক্কি খুৎশেমসিদ য়াওরি। অহুবু তাইবংগী চুম্নগী মিৎ অহুন উবা কংদব ওইবন তাইবংন অঙকপ ওইন খল্লবতনি। চুম্নগী মিৎন উরিব অসিদি মিৎয়েংগী অলোইব হায়ব অমা লৈরি, মিৎয়েংগী অলোইব মকমদগী রাংমদ করি লৈ হায়ব উবা কংদে, অহুম ওইরব মিৎয়েংগী অলোইবগী রাংমদ

লৈহিরৈ পোং অতু রাখল লৌশিংগী মিৎন শোয়দন উবা ক্বংঙি ইনক-নক্ল করিগুমব পোৎ অমনা মিৎত খনজিনবদ রাংমদ করি লৈ উবা ক্বংদে। থোইদোক্ল ইশান ইশাগী ইমিৎ উইশিল্লবদি ইশাবুস্থ ইশান উবা ক্বংদে; মিৎ তাংবগুমখরে। রাখল লৌশিংন উরকপদি অমম-অঙান খায়দে, লাপ্প নকপ নাইদে, মিৎ উইশিনব উইশিনদব থিদে, লোয়ন শিংন উবা ক্বংঙি। মতৌ অস্থুম্ন মংদ উবস্থু চুম্নগী মিৎন উবা ক্বংদব কয়া কয়া উরি। পুন্সিগী তুংদ খোক্লগদব অমসুং হৌজিক হৌজিক থোক্লিবনচিংববু মংগী মংলোন ওইন চিঙঙু পাওচেল, খোয়ুম পাওতাকপু তাইবংন খমনুং তাইবং য়ানরিবৈগী মতম মংলাংচা ওইন উহল্লি। মিৎন উরিবহুস্থু উরিব ময়াম অহুগী হৌনবী ময়ম খংব ঙমব, রাখল লৌশিংন উরিব অহুস্থু হৌনবী মঙাল খংব ঙমব, মংদ উরিব অহুস্থু হৌনবী পাওচেল খংব ঙমব মীওইন উজমনগী মহৈ য়ানব ঙমজে। অউব ময়ম অহুম অসে পুকনিং পুকচেল চুমদরবদি অচুমব অরেপ্প লৌব য়াম্নমক্তি অরাবনি। ইমিৎন শং-শং উরিব ইমা ইপাবু, ইমানি ইপানি হায়ন থাজদরবদ উজরিব মহাক্তি উজব মহৈ অহু অরেমবনি। মতৌ অস্থুম্ন অউব ময়ম অহুম্মকত পুকনিং পুকচেলগী অরেপ্প লেংদব য়াম্নমক্তি মথৌনি। পুকনিং পুকচেলন চুম্ন উরবদ উজমন মহৈ য়ানজৈ।

# পাউচেল

তেংবানব মপুনা হায়রিয়ে, "হো মুনু তাইবংপান ! নংনা ঐবু মশক খংবরা, ঐবু উবা ফংবরা, নংনা ঐবু থিরিবদো ঐদি মতম পুম্নমকত নংগ কোম্নহুন লৈরি, নংবু স্থপথা থাদরি, করিগী নুংস্থক নুংজানরি, য়েংঙুনা নকনা লাপ্প ঐহাকনি, নংনা কদাইদ ঐবু থিগদৌরি, কয়াম লাপখি কয়াম নকই খংবরা? ঐগী থৌরম করিনো খংবরা, খললুদো নমা পুকনুংদ লৈরিঙৈগী অমমব অরাববু ঐনা কোকপিখিবনি, তাইবং অঙানব ফাওহনখিবনি, মিকুপকি মনুংদ নুংসা হোলহনখিবনি, তাইবং মতৌ ওইবগী মরম খিবিক নঙোনদ ঐনা শিন্নখরবনি, য়োকপিরি থাকপিরি নংগীতমক কয়া কয়া হোৎনবিরি, কয়া কয়া শিনবিরি ঐগী তৌবিমল লমন, নংনা করি পীগদৌরি, করি পীহুনা ঐবু পেলহনগদৌরি, নংনা ঐবু পেলহনব ঙমবরা, নংনা পীগদৌরিব পুম্নমক অহুস্থ ঐনা শেমব- ঙাকতনি খংঙু। তত্তনা নিংজৌ অকাউনুং লৈতনা, ঐগী শিদ মিংথৈ শোনজৌ, অহুতনা লমন কোকনি, তাইবংপান ঙানগনি খংঙু। করিগী তুম্মি, করি মং মংঙি, করি ঙাংঙি, কয়ানি ওইদব ঙাংগদৌরি, করিগী ফম্মি, কয়ানি অতনবগ লোয়নন ফমগদৌরি, পুন্সি নোংঙাললো, রাখল য়াকাইরো, পুকনিং ইরু-মাইতানা

শেংদোকলো, নিংজবগী লাকোইদ লৌশিংগী লুকলেন লৈতেংন শিদ থোগন থোগলো, মাইকৈ মরি সুংদাই নিপানমক্ত মিংলম খম্ন য়েংঙু তেংবানব মপু ঐহাকি নিংথিরব শেংলব অমাং-অতা লৈতরব খুশেম অসে"। ।

---

# মীতৈ ৱাহন্থোক

| | মীতৈলোন | মীয়ান লোন |
|---|---|---|
| ১। | য়ায়রোন | ধৰ্ম্ম |
| ২। | পুয়া | পুরান |
| ৩। | পরমলোন | শাস্ত্র |
| ৪। | য়ায়তিন | সৎসঙ্গ |
| ৫। | য়ায়হন | সাধু |
| ৬। | লাইনিংব | তপস্যা |
| ৭। | ইকন | কমণ্ডলু |
| ৮। | লুকোন | পৈতা |
| ৯। | লাইরোল | মন্ত্র |
| ১০। | মিংথৈ | নাম ( লাইগী ) |
| ১১। | কোরৌ পাউ | আকাশ বাণী |
| ১২। | লৌশিং | জ্ঞান |
| ১৩। | লৌশিং-খোং | জ্ঞানমার্গ |
| ১৪। | নিংজ | ভক্তি |
| ১৫। | নিংজ-খোং | ভক্তিমার্গ |
| ১৬। | অৱাং-খোং | উত্তরায়ন |
| ১৭। | খা-খোং | দক্ষিনায়ন |
| ১৮। | খোচৎ | নীতি |
| ১৯। | য়ায়রোন খোচৎ | ধৰ্ম্মনীতি |

| মীতৈলোন | মীয়ান লোন |
|---|---|
| ২০। সনালোন থৌচৎ | রাজনীতি |
| ২১। শিংলুপলোন থৌচৎ | সমাজনীতি |
| ২২। শাগৈ | বংশ |
| ২৩। ফুরুপ | জাতি |
| ২৪। ঈরুপ | স্বজাতি |
| ২৫। লৈপাক | দেশ |
| ১৬। ঈরৈপাক | স্বদেশ |
| ২৭। লাইপক | ভাগ্য |
| ২৮। লৈস্না | চন্দন |
| ২৯। শেন অমা | লুপা অমা |
| ৩০। শেনথাই অমা | মখাই অমা |
| ৩১। শেনতেক অমা | শিকি অমা |
| ৩২। খুজিং অমা | অনা অমা (পৈশা মরি) |
| ৩৩। চৈজিং অমা | পৈশা অমা |
| ৩৪। শেনমিৎ অমা | পাই অমা ($\frac{1}{3}$ Paise) |
| ৩৫। খনপুং অমা | মণ অমা ( 40 Kg ) |
| ৩৬। খন অমা | কেজি অমা |
| ৩৭। খনথাই অমা | কেজি তঙ্খাই |
| ৩৮। খনতেক অমা | পৌরা অমা ($\frac{1}{4}$ Kg.) |
| ৩৯। খনমিৎ অমা | ছটাক অমা ($\frac{1}{16}$ Kg.) |
| ৪০। লিশিং | হজার |

| মীতৈলোন | মীয়ান লোন |
|---|---|
| ৪১। লুপশিং | লাখ |
| ৪২। শিংপুং | কোটি |
| ৪৩। চক | যুগ |
| ৪৪। লৈশেম চক | সৃষ্টি যুগ |
| ৪৫। লাইচক | দেব যুগ |
| ৪৬। হয়িচক | সত্য যুগ |
| ৪৭। হৈয়াচক | ত্রেতা যুগ |
| ৪৮। খুনুংচক | দ্বাপুর যুগ |
| ৪৯। লাংবচক | কলি যুগ |
| ৫০। লাংব লাংচক | কলংকি যুগ |
| ৫১। মীয়ান | ময়াং |

| মীতৈ য়েক | মীয়াননা মাননৈ হায়বা গোত্র |
|---|---|
| ১। অঙোম | কৌশিক ( গৌতম ) |
| ২। মঙাঙ | শানতিল্য ( নিংথৌচা ) |
| ৩। লুৱাঙ | কৈশোপ |
| ৪। খুমন | মৌদল্য ( মধুগল্য ) |
| ৫। মোইরাঙ | আত্রেয় |
| ৬। খা-ঙানবা | i) খাবা—ভরদ্বাজ<br>ii) ঙানবা—নৈমস্য |
| ৭। শলাই-লৈশাঙথেম | i) লৈশাঙথেম—অঙ্গরস<br>ii) চেংলৈ—বচিষ্ট |
| ৮। করমবা গোত্র ওইগদগে খংদবা মীতৈ য়েক-শলাই | অমুকা |